# রেণুবটি

## (ৱারী-মচা)

রেণুবটি

নৌংম অকিনতা

হুপা হায়বহ্ অসিবা

পুন্সিদা অমম্বা

সমাজ সেবাদা

খুৎ হায় হল্লকপা

বাসন্তী

সংসারসিদা

শ্রীগৌরমনি সিংহ

# রেনুবতি

## (ৱারী-মচা)

শ্রীগৌরমনি সিংহ

লুপা ২·০০

খত পুস্তক অইবগীনি ।



## মরমদা বা খরা

" সাহিত্য হায়বদি পুন্সিবু চর্চ্চা তৌবনি, " —— "Literature is a criticism of life" .... মেথ্যু আর্নল্ড,— অসিনি। করম্বা বেসিসত্তা ইবা Personal experience, ভুংতিগী হাকথেংনবা জ্ঞানদা তাওহনা ইবা; —"Personal experience is the basis of all literature" — হুডসন : | অহুনদি ৱারী মচা (short story) গী য়ুম্ফম কথাবস্তু ( Ploat ) তি কদায়দা ওইরগ; ইব তারি !! মহু ৱেঙ্কবটিগী ৱারী মচা পাবা মীনা লেপ্লসহু।

ৱারী মচা ইবা অরুবমক নত্রবসু অরায়বদি নত্তে। সাহিত্য অমগী মচাক ওইবদা. চংগনি হায়না নোংপোক নোংচুপ অনিনা লৌরিবা সাহিত্যগী মগুন অহু ৱারী মচাদসু অমত্ত ৱাংপ য়াদনা সাহিত্যগী ঈচেলদা অহুম তাওহনা লৈ। Element of Imagination: কল্পনা তত্ত্ব; Element of Intellect: বুদ্ধি তত্ত্ব; Element of Emotion: ভাব তত্ত্ব; Element of style: শৈলী তত্ব, — পুম্নমক ৱারী মচা ইবদা অতৈ সাহিত্যদা ইরোইননা লৈবগুম ৱারী মচাদসু তিন্দুনা লৈ। উপন্যাস অমগুম্না ৱারী মচা ইবদসু কথাবস্তু ( Ploat ), পাত্র

( character ); ৱার্তালাপ ( Dialogue ), শৈলী ( Style ), উদ্দেশ্য (Aim & object ) অমসুং দেশকাল-ৱাটাবরন চংদবা য়াজি। কল্পিগুম্বদা অমতং রাংপা তারবদি হৌরিবা ৱারী মচা অছু উপন্যাস নত্রগা নাটককুম্বা অমদা মচাকশিং অসি রাংপদগী অহোবা অমা ভাবুকশিংনা উরিবা অছু ৱারী মচাদসু থেংনহুনা ফজব মখলগী ৱারী মচা ওইরোই। থেম্নবা হায়ববু থেম্নবা উদ্দেশ্য, থেম্নবা অশাং অতেন, থেম্নবা থুংহই; থেম্নবা স্তাইল অসিতনি ৱারী মচা, নাটক, নোভেল অম্বাগী অম্বানি। লেখক্না হৈনবীদা হৌরনি। পুম্নমক গদ্য সাহিত্যগী মথুংনি। নাটক্কু দৃশ্য কাব্য ওইব কান্দা নোভেল, ৱারী মচানা শ্রব্য কাব্য ওইবতনি। ফজব থীব হায়বহুদি লেখক লেপক অহুগী কোকী রানি, — "A great book is born of the brain and heart of its author, he has put himself into its page" — Henary Hudon; অসিনি !!

"Short Story is as old as huminity itself" হায়রৈ। অসিগুম্বা সাহিত্যবু মতাংসদা পুন্না নৈনবদা থুদোং-চাদবনা তেনতক্ক থমজরে।

লাইরিক অসিদা বানানগী মতাংদা ফনা নিংথিনা শোহইবগুম তৌরে। অয়াম্বা চেনাদা 'ি' কার 'ী' কার তাদবক্ত নত্তুনা তশেংনমক বানান লানবসু য়াওরে। ‹—› ওম্নবা, ত-ট ওম্নবা মতাংসু মিংশিদা শাং শাং উরে। মসিগী দোষাশি ইক্ষালদগী

মাইল ১৮ লাপ্না লৈবা ঐগী জীবীকা লোইশংদগী নোংমাইজিং নত্তনা লাইরিক অসি শোক্লবা ওমদবা, শোক্লরিবা অহুম্ব অহাম্ব প্রূফ লৌরম্লগা প্রেসতা শংলোক্লগী দায়িত্ব শিন্নরম্লগা বিযেনপুর তাম্না হন্দুনা লাইরিক অসিদা মাইপুনরুব ওমদবনা ওইবা তাই মসিমক্তা দেশ অসিগী ম'ংলনবগী মচাকমক ওইত্রবদি পাবিরিবশিংনা অহবনু ঙাকপিনি।

লাইরিক অসিগীদমক মরু ওইনা রাখিবদি " ডি আর্ট প্রিন্টিং ৱার্কস" কী কাংবুনি। ছুটি মশক থংদনা নোংমাইজিং থুদিংগী লাইরিক অসিগিদমক রাবিগ্রবা 'শ্রীমেঘচন্দ্র সিংহ' প্রেস অসিগী হেড কম্পোজিতরবু পুক্লিগী ওইনা তৌবিমল থংবা উচ্চারি। ছুটি মুমিং থুদংদা অফিসকী থোং হাংহনা অৱাবা হাকথেংনবতা নত্তনা প্রূফ লৌবদা অৱাবা শরুক য়াগ্রবা "The Art Printing Works' কী Management পুম্ব পুক্লিসিংগী ধন্যবাদ। ইতি।

শ্রীগৌরমনি সিংহ বি, এঃ
"সাহিত্য সুধাকর"

---



ইমা ———————পুন্সি অসি

অঙকপনি। অঙকপা। রারৌম্ন জগৎনা হায়নৈ "মীওইনা পোকপ মপোক্তী ইমাগী খোল্লাং লমন নাম্ম শিংঙমদে।" হোৎনরবস্নু ইমাগীদমক। মখোয়না। খোমগী মমন। ইমাগী শুপ। চপ চান খংই। ইমা! অপোকপী পোক্তবী চপ মান্নৈ; ঐগী ইফমদা। পোক্তবী ইমানা ঐবু কোল্লে। পুন্সিগী মচা ওইনা। ঐনস্নু মুংশিরি নংতবু। করি ওইনা,.....? ইমা ওইনা? নত্রা ইমা!! ও ————! নংনস্নু পোক্তবা! অতুগা নংনা ঐবু মুংশিবা; ঐনস্নু নংবু মুংশিবা! করিগী;—তিম্নবদগী!! অতুনদি মৈতৈ মুপী পুম্নমক ইমানি খল্ল ওয়বদি কয়াদ য়াইফগবা! মুপা খুদিংগী য়াইফবা ওইরবদি মৈত্রবাক অসি কয়াদ চাওখৎকবা!! অচৌব থাক্তা। মীরম লাকপগী মমাংদা। লমদগী লাকপা। অরাপ্পদগী। ঐখোয়গিসিদ চাওরবা। শেল তাল্লবা। বিদায়! ইমা! দেশকিদমক! মঙ্গল! দেবেন্দ্রকুমারনা মমিত্তগী মপী তান মমাবু খুরুমখি। বিদায় লৌখি। লোম্ন কনা থংহন্দনা। খুয়াগী উকুল লাইবক্ত হাপ্পী। মপান্দ থোকখী। য়ুমদগী। য়েৎনবা, মীথাপোব্বা

রাখলগী পরিকোর লৈবা;——কাহেন্ব য়াদব জগাদগী। চেনখি। চিন্দদি শোনখি "ইমা লৈবাক্কীদমক্রি। ইমা লৈবাক।

রেনুবটিনা লৈব্যাক নিংবগী রারী মচা অমা ইগে হায়না কন্ন হোৎনরম্মী। অদুবু কদোমদগিনো থংদে; মথোং থংদব থম্মোইগী নিঙাইনা থম্মোইদা তত্তুনা ওৎলে। রবিন্দ্রগী ফোটোনা পরেং পরেং নাইন চেনশিল্লক্কুনা মাগী চেবাংথক্তা পোপ পোপ তারে। মুংশি মূর্ত্তি অদুদা ঙহাক ওইনদুনা লৈ। মোমোন নোক্কুনা চিংন লেম্ন য়েংদুন লৈ। রাখলগী তরংদা তাওই। ঙাহাক লৈরগা শাওরুং মেলংননা "কান্নদে থিং ওৎলদু শকহেন্ব। ঐগুম্বী লাইরবী শকথীবী লুপ্রাবী মচা অমবু নংগুম্বী অমনা পাম্বীগনি হায়ব্রো? কান্নদে কৈস্থু। নংগী ওইদ রাহৈ অদুনা ঐগী থম্মোইবু অম্যক হন্না অরাবা পীরস্থু।"—— অস্নুম্ন ওইদুন লৈ।

নোংমথক পুর্নিমাগী থাজনা মকোয় নিংথিনা চীং লেম্ন অতিয়াদা নোক্ল খেন শান্নব মতমদুমক্কদনি। মমাং শংগোয়গী মথা থংবা অশুকপা বন মান্থা জগাদুমক্কদা রেনুবটিনা রবিন্দ্রবু চিংন য়েংদুনা পুন্সিসিমগী মুংশি পোন্দগী থাদোকপিনবা থম্মোই রাকৎনা তেংথারি। নিংব কায়রবা থম্মোইগী ইথিললনি। রাখল লাম্ব ফংদ্রবা। মরক মরক্তা ঐদি য়ুম্ন পাল্লরোই হায়নস্থু ওইনৈ। কৱিগুম্বদনা পুন্সি অসি য়ুম্ন পান্দনা অদুম লেনগ্রগদবনি হায়নস্থু মহার্য়ার। করিগিদমক য়ুম্ন পাল্লোইদোরিবনো হংলুরবস্থু থোইন থুম্নিংবগী আশা ওইন উদে। তাশিন্নদনা লৈথোকই। মিংলুদগী পরাং শিন্থে। মতোম্মত শোনবগুমস্থু তৌই 'ঐগী হকচাং অসিমক

দেশকীদমক কথোকপা ওন্নরোইত্রা— অমরোমদনা রবিন্দ্রনা রেম্নুবটিবু চেল্লশি হায়না কন্না তক্করি। শাফু য়াওবা লুপাওইবগী মচোয়ীংনি। লুজা ওইবীগী থম্মোইবু খুত্থম চনাশিন্নবা লাক্করি। মরুক মরক্তা মোন্নবা খুৎশাশিং অত্থু অমমমত ওইন থেক্লি। লুংশি পস্থুংফম য়োনব কন্ন তক্কে। লুংশি ওইনৈ। রেম্নুবটি অত্থু পুন্সিসিমগী য়ুম পান্নরোই হায়দুনা লেপ্তুনা লৈরবনি। অত্তবু শাফু য়াওবা লুংশি নোংলিক্কী নোং লুংশিংতি থিংব ওমদে। লুংশিবা হায়বসিস্থু অঙকপা যাত্থগী মত্তনি। লুংশিবনা হায়বা খুদিংমক অমত্ত হিকতোকপা ওমদে থেংলব অহিং অত্থুদা লুংশি মনানি হায়দুনা রবিন্দ্রনা পিথিবা চিন্তানগী অৱাবা খুদিংমক মায়োক্লখিবদু থংনিং থংনিং নিংশিং-লুরগা শাওবনা হেনমনখিদুনা রবিন্দ্রগী ফোটোশিং অত্থু মচেৎ মচেৎ শেগায়রে। অনৌব চে অমমুক লৌদুনা লুংশি ৱারী অমমুক ইব হৌরক্লে। থর ইরগ অমুক জ্ঞান তাদ্রে। অমুক ই অমুক কক তোৌদুনা ফন নিংথিনা কক্লে।

অস্তুম্ন রেম্নুবটিগী থৌথোক কয়াদা থেঙ্খাং কয়ারক রবিন্দ্রনা য়ৈহৎতুনা লাক্লিবসি চহি ফন য়ান্নবনি।

নোংমা হৌখি নিনি হৌখি কুমজা কয়া হৌখরে। লেপ্প নাইদব তাইবং পুন্সিগী খোংচৎনি। অমুক পোকপা অমুক শিবা তাইবং পুন্সিনি হায়বসি থংন থংন শিব কিবগিদমক পুন্সি অসি থাদোকপতদি মঙমদ্রি ..................... ।।

নোংমথক ইঙ্গেনগী মঙানি পানবা লুমিংনি। ঙাল্লনবা মশেল্লা নোংচুপ চীংথাংদা য়ৈরক্লে। ঙসাই অয়ুক্তা নোংপোক্তা

থোক্লম্বা হুমিংনি। অহুবু কনানা হায়রম্বনো থংদে——লমজেল চেল্লক্কুনা অতিয়া মকোয় থুংলুরে। তাইবং জীবদা থরাই লীকবনি হায়। কনান থোদাহুনা;— ঐন চিংনখি! নত্তে;—হায়নব লৈতবা সেবা তৌবনি। জীবগী, দেশকী য়াইফনবা। ওসাই অম্বুক লম্ফে-লদা থাদোকখিবা ঐগী মনস্থ শঙ্গোলদা কায়রক্লে। অমত্ত কৌনদে। মথৌ তৌই। ঐন চিংনখি। মীওইবদি কদায়! ওসাই শাম্নব চৎখিবা অঙাংহু লৈতে কোইথি থিনম্রি। ঐন তাই। মচা কৌই——"তোম্বা"। "চাওবা!" —থুঙং শিল্লি। করিগীনো ?? ওকই। করম্বা কান্দ কৌনরকখিরোই ঐথোয় পুম্নমক। দেশ সেবাগীদমক হোৎনবদা। ইমা লৈবাক্কীদমক শিগে থম্ব করম্বা মতম লাকখিনি। ঐদি থাজদে। মৈতৈনি। শিব কিদবা। শিবা। মৈতৈ।

মতমসিমক্তদনি।

রেন্নুবটিনা শকয়েং মিংশেল অম মাংদ থারিহুনা নোকফেং নোকফেং তৌন মিংশেলদা তারিবা মি অহু য়েংহুনা লৈরি। মোমোন নোকপা মায়থোংদ ফজবগী রেথা তারিবা থম্মোই শুম্নাংলি। লুমাংগী শমদোন নিংথি! মচু শংলুদনা ঙাংলপ তৌরবা চিম্বান প্রাকিতিক ওই; ফন মফজে। থোইরাংই। থম্বাল মনা মওংগী ফুরিং লিংপদা ঙৌরপ তৌন উরিবা থরকী অঙৌবা শক্কম মিহৌই। কনাগী শহুম ফংদহুনা শামু লমশাগুম্না মনিং তম্না শান্নরিবা থবাক্কী অঙোংবা অনিনা অমগা অমগা থেঙ্গাইনরিবহু য়েংলুরবদি মিং কুপ্পা য়াদে। অমুম্ব চিনারনা কেনগদবগুম নিক নিক লাওন নিংথি।

নিংহু য়ৌন তাম্রিব শম অহু হায়ফেৎ লৈন য়েংলগা মোমোন নোকচৈ। মুরব শম্লাংশিং অহু তুংয়ান্দ পোপ পোপ য়ৈহল্লে। ইমুংদা চংশিনখিহুনা হেজিঙ্গিন, স্মো মথং মথং তৈব য়াবন তৈরে; নানব য়াবনা নাল্লে। মরক মরক্তা হরাওনা মতেক মতেক ওইবা ইশৈসু ঙংই। থম্মোই মরাং হৌই। মহৌশাদি রেনুবটি অসি অসুম্ন থক তৌরমদে। হিতলরগী য়ারী পারগা হরাওজরম্মী। তথেল ওম্বগী য়ারীদা গরিবনিৱাজনা খোংনাং ময়াংঙম্বত নত্তনা তথেল লোইচম্বগী য়ারী পারগা তারগা পুক্লিং পেঙ্জে। হরাওই; থম্মোই মকা লামই। অহুবু কদায় ———————— ঙসিদি !!

গরিবনিৱাজ মহারাজনা মথৌনা মরৌশিংনা ময়াং লৈবাক জয় তৌরম্মী। ময়াং লৈবাক। নয়সিংহ গম্ভিরসিংহসু অহু মঙায়। নিংথি তুরেলদা অৱা হাংপগী থাং চামগে য়াশকখি। চামখি। অৱান কিন্দখি ময়াং অৱা নীক য়েক্তা লৈবা লৈবাক্কী কিব সনা লৈপাক মনিপুর ওইরম্বনি। অসুম্ন থল্লগা অহিং তুম্নবা অহু হন্দক মরক্তা ইওন ওম্নবগুম তৌরে। লৈ ফজব অমতং থেংনবদা ফুল গ্লাশতা হাপ্নবা হোংনৈ। খোইমু পাইরকপা উরগা মিপায়ঞ্জে। সনারৈ শাংপ উরগা হরাওজে। ঙহাক লৈতে ময়ায় অহু নুংশেলদ য়েংহুনা মোমোন নোক্ল থাংজে। মায়দ পাওদর থাই। কাংথল অহু মচু তান তান শু চামই। ভৌরোক ভৌবা মোম্পাক ফিদক অহুগী মথক্তা মনম নুংশিবা থাও চায়। মোন ময়া ওইরপ্না লৈহাও লৈরেন, কবোকলৈনচিংবা মনম নুংশিবা লৈ থমই। মোনতেক্কী মথক্তা অৱোম্বা মোনখুমফি হায়ফেং

নিংথিনা ফজন শেমজিল্লি। তরু তনান লৈরব কা অহু ইতং তত্তনা তৈথোকই। মসিরা। মথোং কারকপা পুন্সিদা অমুক অমুক যৌবনগী পুন্সিন ঈনোং ফুব হায়বহু।! অস্থুম্ন রেণুবতিনা কেন কেন মাগী কাদ লৈব অসিমক নহান নোংম রবিন্দ্রনা মাগী কাদ মীরক তাল্লক য়েংহুনা মমা লৈতবা মুংথিল অমদা চংখি- বদহুগী রবিন্দ্রগা লোইননা খুংশম্নহুনা চেনশিল্লক্লবনি।

ঙসিন্নুনি।

রেণুবতিনা মহৌশাগুম্না কেন হরাওনা লৈব মুমিংনি। মুমিং অহু ফন লৈশিল্লক্লে। অঙ্গবু হৌজিক ফাওবা য়োরক্তে। কেজরুবগী মাংজরগদ্রা! মহয় য়াল্লরোইদ্রা! মুপা অমগী পুন্সিগীদমক পুন্সি অসি মাংহল্লগদ্রা ... ...॥ নিংদোল তিং তিং চোংব হৌরক্লে। ইমুংগী মাইরম শিচিন খোংচিঙ্ক হৌরক্লে। শমজিদা থেংনবা খাকী লৈহাও অমা অনিস্থু লৈপাক্তা থরো থরো ওন্দুনা খাংলে। থম্মোইগী অনিংবা ফাব ঙমদ্রে। মহৌশান তরু তনান লৈরব কা অহু অমুক হন্ন মাই তৈথোক্লে। ধূপ থাংমৈ থাব য়ান জগা জগাহুমক ধুপ থাংমৈ থারে। বৃন্দাদেবী খুরুম্লে! অহু ফাওবদ রবিন্দ্রদ লাকপ কৌবদ মরৈত্রে।

রেণুগী শক্তমদা রবিন্দ্র অসি মিকুপ অমগা পুন্সি অমগা চাংদম্নরক্লবনি। মিপুক অমত্তং লাক্তবদা পুন্সিসিনগী লাক্লরোইদ্রা থম্ব মতম য়োরক্লে।

ফন থেংজিল্লক্লে। পুং ৮ লোম তারম্ব য়ারে। পূর্ণিমা মতুংগী থাজনা মকোয় নিংথিনা নোংপোক থংবা অতিয়াদা মুন

মুন য়েংহুনা শাবী শানৌশিংবু করেম্নবা হৌরক্লে। থবানমিচাক্না কুফেৎ কাফেৎ তৌনা থম্মোই নৌবী মুক্তাশিংবু লংনব হৌরক্লে। সন্ধ্যা আরতি লোইখ্রে। অদু ফাওবদা রবিন্দ্রদি লাকপ কৌবদ মরৈখ্রে। রেনুবটিদু শাওরমাল্লে ঙাইবমখৈ ঙায়-রম্লগা কান্নখ্রে হ য়রমাল্লে খুয়া ওইরম্মা লৈরিবা অতেম্বা অলমিরা অদুদগী মনিপুরগী পারমলোন ময়াম অদু মথং মথং লৌথোক্লুনা পাবা হৌরক্লে। বৃটিশকী সিপাহিশিংনা কোহিমাদা অম্বাবা তারবদা মনিপুরিশিংনা অঙ্গামি নাগাশিংবু লাকশিন্দুনা কোহিমাদা শান্তি থমখিবা, ব্রহ্মাদা বৃটিশকী ওফিসারশিংবু মথৎই কনবিখিবা,—— অদুগা যুদ্দাংবনা কৈনোই হায়দুনা মনিপুরবু মখোয়গী লোয় লম ওইহনখিবা। মখোইগী মখাদা থম্বনচিংবা মথং মথং পাথরক্লুনা ৺বুধচন্দ্রগী মতম য়োরক্লে। ৺বুধচন্দ্রগী মতমদা অমুক মনিপুরবু ভারত তিনাশিনবিদুনা হায়া লৈজরম্বা আইন সভা মুখৎলে; ফুল ফ্লেজেড ষ্টেটহুডকী মহুত্ত পার্টাস ষ্টেট মথংদা অমুক ইউনিয়ন টেরিটোরি অমুম মথং মথং ইন্দুরকপনা ফনা নিংথিনা লৈখা তানা কুল্লে। অমুম্না মরৈবাক মনিপুরগী লাইবক ফবগী ভাগ্য অদুমক মথং মথং মাংশিল্লকপা অসি উরগা রেনুবটি অদু তশেংনমক থাংডম্মক্লমাল্লে। মায়থোং অদু ইমক মকশিনখ্রে; অমাবা নোংগী মশক লৌরক্লে। থিংডম্দ্রবা মিৎলুগী পিরাংনা লৈমাইথক্তা প্রোপ প্রোপ কেল্লক্লে। নিংবা কায়রবা থম্মোই অদু পুন্হনা লাইরিক অদু তপ্পা খুমজিল্লগা লেন্টর্ন অদু পিক্ল লৈথদুনা ফমুংদা শুদুম চংখ্রে।

মতমসিমক্লদনি "রেনু" "বেনু" হায়দুনা থোংবাদা কাক কাক লাওনা খিন্দুনা রবিন্দ্রনা রেনুবটিগী অশেংবা থম্মোই অদুমক নোরোক্কী কোমদা ইনথরগে হায়না চংলকখিবা !!

রেণুবটিনা চীং লেম্ন খুন্নক্রুম্মী "কনানো ?" লেপ্টর্ন অহু পিক্ল পিক্ল লৈথত্তুনা অমুক হন্না কা অহু মঙালগী মশেক ফাওহল্লে।

"ঐহাক্নি রেণু !"

ও ! অহুগা করিগী অসুক থেংনা লাক্লিবা ?

"করিসু তৌদে। বা অম হায়গে তৌবনে।" ...... রবিন্দ্রনা খুমখি।

করিনো হায়গদবহু হেক্তা হায়য়ু।

থোংনাও অহুদদি হাংদোরকখোদনা শকহেন্বী !

থোংনাও অসি হাংদোক্লগা নংগী করি কান্নগনি !

রবিন্দ্র অহু হন্দক্তী ইকায়রমাল্লে "ফরে নংনা অহু য়োনা চিংনরবদি ঐহাক চংলগে" হায়রম্লগা মমায় অহু লৈথোকল্লে।

রেনুবটি অহু খাংভম্মুক্তমাল্লে থোংহৌথুনা থোংনাও অহু হাংদোক্লুরে। করিগীনো অসুক থেংনা ! ঐদি তঞ্জল্লে হায়রম্লগা থোংনাওগী বারগী অহোবদা থিন্দোরক্লিবা মখুৎনা রবীন্দ্রগী ফিজি য়াম্নখ্রে।

"রবিন্দ্রনা লোন্না হায়গে চংশিল্লকউ" হায়না রেনুবটিগী য়েৎকী খুদাং পায়খ্রে।

"করিনো ? কয়াম লুবা বানো !! ইমা তাররনি" হায়হুনা থোংনাওদা মমায় অহু ঙাথরহুনা অতিয়াগী থাজগা মিচ্চানক্লরে।

রবীন্দ্রনা ফারিবা অহু থাদোক্লহুনা লোম্ন হায়বা জাৎ অস্লিমক্কু মসি ঙাকনি হায়হুনা রেণুবটিগী চিম্বানবু মপুং ফানা

উমশিন্দুনা অরাবা পিগ্রে।

রেমুবটিনা "তঞ্জগ্রে ঐদি" হায়দুনা মমায় অদু হায়ফেং লৈথোক্লগা মমাংথোং অদু হাংদোক্লুরে।

রবিন্দ্রগী রাখলদা নে তাবগী মমি অমদি তারে। মনিংথোং লেপ্লিভেদা; থোংনাও থিল্লিভেদা, ইনথাদা; শুম্মাংদা লৈকাইগী মী থেংনদুনা অরাবা তারগদ্রা হায়না চিংনরম্বনি। অদুবু হৌজিক্কী করিস্থ থোইদোকপা খুদোংথিবগী নমুনা ফংদ্রবা অদুদদি "ঐদি তুম্লেহৈ" হায়রম্লগা লৌথোকপা য়াবা মফি মরোল লৌথোক্লদুনা রেমুবটিগী ফমুংদা লোংন হিপথগ্রে।

রেমুবটিগী মমাইবেম্ম তোম্বীশিজদি হৌজিক্তা তুমখুল তানখিমাল্লে। কনান করি তৌখিবা থোইন খংথিবা লৈত্রে।

রেমুবটিস্থ কাঙ হুমদোকপা য়াবা হুমদোক্লে। কাংখল অদু হায়ফেং য়েপশিল্লগা লেন্টর্ন অদু পিক্ল লৈথদুনা মুথংলে, অমম্বগী মরক্তা মমনা য়াতাখে। মান খনথি "ইমা লৈবাক্কীদমক শিবা ওম্বা ইচা নুপা অমদি শোইদনা পোক্লগনিসে। ইমা লৈবাক্কীদমক শিবা ওম্বা !! শিবা !!

সেপ্তেম্বর
২৩।৯।৬৯ ইং

---

# নোংম অফিশতা

—***—

নোংম কিরণমালানা হংখি "করিনো অমুক য়াম্ম থল্লাই মুংঙাইতনা উরিসিবো !!"

ঐনা খুমখি "কোইগন্নবা মী হায়বসিদি অনুতাপ চাল্লব-নিদনা !"

মানা মোমোন নোক্লগা—————— "অদোম্ম কোইব হৈব্রনে !!—— ফাগী তৌহুনা লংনখি। মিৎয়েংগা লোইনব। অর্থন থল্লবা, থম্মোইতন খংগদবা মিৎয়েংদা।

তশেংবনি। ঐগী পূন্সিদা কোইবগী ময়েক শেংন তাখিদে। মুপীদা। লমদা। নৈকাইদা। অদুগুম্বা অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অদুতা মানা ঐবু শংশংননা উহুনা নৈরি। কয়াদা পংথ্রবী মুজা ওইবীগী পুকচেলনো !! ঙরাংতা নৈখোক্তা পোমহুনা নৈহৌবা নৈরাং অদু ঙসিদি পোমশাৎনরগনি হায়বসি মুপী ওইবীগী থম্মোইনা কাওশিন্নহুনা থম্বা ঙমমাল্লে।

ঐদি মাগী পাওখুম অদু পীব ঙম্মদে। মোমোনতমক নোক্লম্মী। মথা তারমদে। মানা হু ফুম্নবা ম্নাহৈদা মিৎয়েংনা ঐঙোন্দা ফল্লপ থম্লগা——

"অদোম্ম কোইব হৈরমগনি হায়বসি থাজখিব্রেদা।"— মথাতানা নোংশিল্লকই।

কয়াদা শাকু কনথ্রবী মুজা ওইবী মচোরিংনো।
ঐনা মথা তানা——
"তানিংবরনে কিরণ?" খংহৌদনা হায়দোকখি।
মান তানিংই হায়দুনা মগুক নোয়্নমী।

তশেংবমক্কি। কিরণমালানা ঐবু কোইব হৈরমগনি হায়বসি সুকথা থাজদে। করিনা হায়ববু ঐনা মাবু মুংশি হায়না মান লৌরি। অতবু ফোংদোকপা ঙমদে——অসিনি। ঐন করি থল্লি——মাদি খংদে। থম্মোইদা ফিজুপ চান লোত্তুনা থমগ্রবা, থম্মোয়গী অরোম্বা; অরোম্বা রাফম!! মাদি খংদে।

মেট্রিক তন্নিবৈদা অমুকখক—— কাওদ্রি। ইবেয়াইমা কৌবী মুপীমচা অমখক্তা লান্ন মিং থম্লুবতু। মচে ইবেনহল; সনাতোম্বী; ঐগী লেংদ্রবা শাক্তি ঙাক্কি। জবান লৌনবা। মুংশিবগী কোর্তা——ইবান্নিগী। অতুবু কদায় মায়া মরিচিকাগুম থোকখি। অরেম্বদ কান্নদনা। মানা ঐগী য়ুমগী মাংমক্তদা য়ুম পানশিন্দুনা। ঐগী ইকাইনবা; থম্মোইগী লাইমন ওইনবা; পুন্সিদা দাগ পীখী।

অমুকখকসু বিনোডকুমারীগী রারীনি।

মানা ঐ নত্তনা লৈরোয় হায়না রাশকত্রিবা। অতুগা কদায় মচিন্দু ফোয়দংনিংঙ্ক। আই, এ. পরিক্ষা ময়াদা চেনখি। ঐবু খোংবান্দা লংথরম্মী। মুংশিবগী লুরব কোমদা ফুনজিনগে হোৎনরম্মী। পুন্সিমিমগী হৌগংলরোইদৌবা; অতুম্মা কোম—— মুংশিব কায়নবগী। অরাবা, ইকায়বা, মুংনাংবনা থল্লবা।

মসিত নত্তনা শান্তিবালাগী য়ারীশু লৈরি। ঐন হৌজিক লীগনি। মথা তানা লীগনি।

অসুম্ব নিংব কায়বগী তিনাওদা তোংলবা ঐদি ছিহোম্বা লেপ্লগে। হি হোল্লরোই। ইরাক্লগনি———অসুম্ন লেপ্লি। কনানা হায়রী "তোম্বদি নুপী থীব ফংদ্রবনি। শক্তা অসিদবু কনানা লৈবিগবনো!" অসুম্ন শোন্নে। কনামনা শান্তিবালা কায়নবা হাকতক্কগী মপূন্সি অসি নিংব কায়রবনি। নুপী থিরকায়রোই হায়না য়াশকথ্রবনি। অসুম্না মানা মান ঙাংনিংবত ঙাংনড়না লৈরকপা অসি চহি ফন য়ামশিল্লক্লে। হৌজিক চপ চানা তোম্বা পাথং ফারবনি। কনামত্তা কোইবা উদ্রি। তোম্বনা খঙিক্কুং ফাগী তৌজরিবা লৈশাবী হায়ববু কিরণ নত্তনা কনাগুম লৈদ্রে। কিরণনা মাবু তোম্বনা নুংশি হায়বসিমদি চিংনরি। অদুবু তোম্বনা নুংশি হায়না ফোংদোক্লদবনা লৈশাবীনা হান্না তম্বাক্তা হেক্তা কারক্কদ্রা! অমরোমদনা তোম্বনা কনামত্তা কোহাঁদ্রবনা কাংগীনো!! মসিন তাকপদি তশেংনমক তোম্ব কোইব হৈদ্রি হায়ন কিরণমালানা য়াখল থেন্ন অতুম মরৌরি।

মসিমক অঙকপনি!

কিরণমালানা ঐবু হেক হেক কৌবা কান্দা নমহাই তৌই। মীঙোন্দা ঐগী য়ারী মতেক ওইন শাব কান্দনা তাম্মো কৌই। "তাম্মো তোম্বগী মিত্তাসি নুংশিদ্রা? মাদি মশক ফজে!! অসুম্না মথৌ ইরৈ লৈতনা অতোপ্পদা ঐগীদমক য়ারী শাবিরম্বসু য়াওই। করিননো? কনানা থংগনি!! সংসার অসিবু করিনো?

নিংথৌকাবা হুমিংনি। পুনিমাগা ফাংনৈ। হুমিং কৈ হায়দুন ঐগী অহিংশ থবক য়াম্না চিল্লি। রেজিস্টর তৌদুনা লৌ নৈন য়োম্লবগী মীতমা পিক থল্লি। মমুংদগু—মপান্দগু; মীগী মী ডাক্তা। কনানা য়ারী শাই:—কনানা য়ারেম ঙাংই, থরনা রেজিস্টর দলিল ইনবগী মরমদা ইরাং লাংনৈ। পুন্সিগী ফম্বাকসি লাংবগী লাংবা ঙাক্তনি।

মতম অহু কন থেংজিল্লক্লে। হুমিংন য়াতোন লোম্লিং লোম্মা তৌরে। পুং ১১ তারম্বা য়ারে। বসন্তগী মতম ওইদুনা মহৌশা লাইরেম্বীগী চেংলৌনা থম্মোই শুম্মাংপা মতমগু নত্তে। কালেনগা ইঙাগা লোন্নবা মরকনি। হুংশা শারনা। প্রাকৃতিগী কজব য়েংফম লস্নাংদা নত্তে। নামিনা হুংশিংকী মহুত্তা ওমচাক্লবা হুংশিংনি। থম্মোই ওমচাক্লবা। নাপী অকংবা মথক্তা হুমিংনা য়ৈবদা মিং থকহল্লি। অহৃগুম মতমদ করিগীনে। পিক্লব অহিংশকী কা মচা অসিদা কালেনগী মুশা মরক্তা হুংশিগী ইপোম্না থম্মোই অসি নিংকোক নিংকোক চোংলিবা। বদোমদগী শিংলক্লিবা হুংশিংনো? কালেনগী শাথুবা মতম অসিদা মনম হুংশিবা ঈশিং চায়বগুম পুক্লিং অসি ইংন লাংতক্লিরবাসনা কনানা কাম্লিবা মম্লনো?? কাওব্রবা মতমগী ঈচেলনা ঈশোং পুরক্তুনা থম্মোইদা তান থারগুম নিংশিংবগী ঈপোম্না য়ৈরিবসিনা করম্ব থম্মোইগী ইথক্লো...? অঙকপদা অঙকপা তিম্বা ঙাকনি।

ঐনা য়ারি লৌরি, ক্লিরণনা তারি!
য়েংঙোই কিরণ! ঐদি পুন্সিগী ঈরেন্দ ইরাক্লরবনি!

কোয়বগী ঈরেন্দা, ফুপী কোয়বগী। পামজবা কয়াগী মফমদা শস্তাই কায়রবা! হু ফুম্নব ৱাইদা থাজদুনা পূন্সি অসি মাংলবনি নিংবা থুংদবগী কোমদা তারবনি। ঐনা ইবেয়াইমগা বিনোড-কুমারীগা কায়নরবদা লাইবক্তা তাইনখি। ঈশ্বরদা মরান লীখি। মহাদেব নিংদুনা কান্নদে। মখোয় ফংখিদে। অদুবু থাজখি, শান্তিবালাদি ঐভগী ওইগনি।

কিরণনা নোক্তুনা "মতু কায়নবা হাকতক্তুগী ফুপী থিররোই অসিনিনে" হায়দুনা ভগনা অমুক্তং নোকপীরবদি হায়দুনা লৈজরিবা মিনোক অদুমক্তা ঐভন্দা তেন থারর। মরক থংহ্রে।

"তংশংবনি কিরণ; মতুমক্তি।" ঐনা মথা তারম্মি।
"পূন্স হায়নসি অভকপনি!"
"পূন্সি হায়বসি অভকপনি! থুংনদ্রে অসি নত্রা?"
"অচুম্বনি মাগা ঐগা থুংনদ্রে।"
ফুংদি ফুংশিবর?
ফুংশিবদি অয়োনীনি।
ফুংশিবগী শক্তম চাং ভন্নবদি—

"ফুংশিবগী শক্তম চাং ভন্নবদি কিরণ! ভারতকী নিংথৌরেল শাহজহানবু অমুক্তং ইকায়বা পীহনা লমন থুমসিরা হায়না খল্লিবনি।"

"করিগী—??"

"নিংথৌরেল শাহজহাননা মানা ফুংশিজরিবী মমতাজগী দমক্তা পুম্নী ফাওরবা তাজমহল শাদুনা থম্মইদগী হেন্না ফুংশিবগী দমক্তা

তৌবা ওম্ব অদু মানি হায়রূনা হুংশিবগী থম্মোই খুদিংমকপু শিংনরি। নত্রা.....?? পৃথ্বী ফাওরবা তাজমহল শাবা ওংদ্রবা ঐগী থম্মোইসু কনা থাংহন্দনা হুংশিজরিবা ঐগী থম্মোইনা ঐগী কায়নথ্রবা শান্তিবলাবু হুংশিজবদি শাহজহান্না মমতাজবু হুংশিবদগী শরুক চাম্মা ক্রেন্নগদ্রা হায়না খঞ্জরিবা এহাক্কী থম্মোইনা কবিগী শাহজহানবু অমুক্তং লমন খুমিংলোই কিরণ"— হায়না হায়না কুপগী নোংহ্বা লাকপগুম হৌখিবা দৃশ্যশিং অদু মাংদ শং শং চেন-শিল্লক্লম্মি।

মাল্লা ঐগী থবাক্তা ওাথদুনা মমিং তুথখিবা ! অনিগী থোংঙবা মীচিক মীর ওখোল তাদ্রব মতম ফাওবদা হুরাননগুম চিবোন চিবোন চিক্না হুংশি ররী শাখিবা; ঐগী লমহেন্নবা খুৎশাশিং, রারকপা ওনজ্রবা থম্মোইগী ইথিল; মানা শাওশিন্নদুনা লুমাংগী শম পায়দুনা চিংখিবা—পুন্নমক ঐ কাওত্রিনে কিরণ। ঐবু হেক উবগা মাগী মচেনা ফাগী তৌদুনা "শান্তিগা ইপুগাগদি চাকে'দা" লংথিবা রাত্তেদো ইচে হেক উবগা থোরবা মচিন তুন্নবা থাং অমনা থম্মোইদা কক্ কক্ খিনবগুম মচুং ফাওই। ঐনা মবুং থহন্দনা অয়ুক্তা চোথোক্কনা রারী শাখিব; মবুংনা উবগা থাজদ্রবা রাথবদা তাওদুনা "ইনুংভোরা ??" হায়রম্লগ ঐবু অথেংবা তুগাশ মনাগুম হন্দোক্লম্বদুমক ওসিদি হু পাম্বীদা মহয় য়াম্বা ওইররে। মানা মতম চুপ্পদা ঐগী নাক্কী লোংঙোই হায়না রাশকখিবা; থবাক্তা তুথখিবা; ভাকপিয়ু খুক্কমখিবা;——অদুগা ওসিনা করি !! কিরণ—পুন্নমক ওইদবা ভাক্তনি। ওইদবা ! মিং-

সংসারসিদা মিনম্বা ওাক্তনি ! ওইদবগী মরক্তা তাওরিবা ।
ওইদবা ।

ওইরমত্রবদি করিগী—অহল লমনগী য়াথং ! মন্ত্রে—! মা
ঐত্তে ন্দগী হেন্না মতিক চাবা পাম্বনি । মতমতুদা মাগী মুপা
অতু M. Sc. লোইথি । লোইরমত্রবদি ! মানা ঐগী খোংদা
তুরমগত্রা ? খবাক্তা তুথখিবগী ফল অতু মহৈ য়াল্লমগত্রা— ?
পুম্নমক মিনম্বনি । সংসার অসিদা ঐখোয় খুদিং ললোম্বা লাকপনি
পুন্সিগী ব্যপারীনি । শেন্দোং তানবা ।

কিরণদি অশিংবী মুপীগী হৌনশা মমিৎ অতু ঐত্তোন্দা
ক্রোক ক্রোক ওংলত্তুনা "মুংশিবা কায়নবগী দেহেনা চোকথত্তুনা
ওসিদি হকচাং অসি ইহৈ হৈনিংত্রবোইরে" হায়ত্তুনা ফল্লপ ফল্লপ
য়েংবা হৌরক্লে ।

তশেংবমক্তি । ওসিগী মুমিৎ অসি ঐত্তোন্দা ওম্বোক্তা লাংতক্লবা
মুমিৎনি কিরণ । ঐগী অতুগুম্বী পুন্সিগী মুংশি চার ওইশ্লবী
শান্তিবালা অতুমক ওসিদি মাগী মুপাগা লোইননা ঐগী আক্ষশ
অসিদা রেজিস্টর তৌবা লাক্লম্বী । হুংদবা য়াদবনা শান্তিগী মমিং
হুংখি । মপুরোইবগী মমিং হুংখি, লৈকম হুংখি, পুন্সিগী লৈকম ।
শান্তিগী লৈকম ।

থংহৌদনা ঐগী মিৎলুদগী পিগী মরিক অমা লৈপাক্তা তাখি ।
কিরণমালানা মুংশাশ্বর অমুক্তং শাংনা হোম্বরগা "অতুগী ওইরে
ওসাই চৌকী চৌকী হায়ত্তুনা ইরাং লাংনখিবদো" হায়ত্তুনা ফেন্সি
বেগতগী রুমাল লৌথোক্তুনা মমায় অতু তৈথোক্লে ।

তশেংবমক কিরণ———

মাগী থম্মোয়না মাগী মুংশিরুবা অচুগা থুংনগনি হায়রবদি ঐগী থম্মোয়শে মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা মুংশিবগী উরোকথোং ওইশমু। ঐনা নরক্তা লৈরগা মানবু স্বর্গ কাগনি হায়রবদি ঐগী পুন্সিদি নরক্তদা লৈশমু। ঐনবু মীনাই ওইরগা মানা অমরা-পুরগী মহারাণী ওইগনি হায়রবদি মপোক মপোক খুদিংদা ঐদি মীনাই ওইনা পোকচগে। করিগুম্বদা মানা অরাবা মায়পুনদুনা কপ্পুনতা পুন্সি লেম্বা ভাবরুবদি ঐগী পুন্সিনা মচুবু লম্বি কৈগাক খিংশমু। শান্তিগী রাইদা "তাম্মো,বি, এ, নত্রবদি হৌজিকী যুগতদি শোই তৌবা হৈতবা থম্বইমপ্রেশন শিজিন্নবা মীগুম্বনি" হায়দুনা পুক্লিং থোগংখিবা; লাইরিক তম্বা তোক্লগে হেক হেক খম্বা কান্দা লাইরিকী মগুণ লৈহনখিবী ঐগী মুশি মুর্ত্তিনি। ঐনা ঐগী শান্তিবু অমুক হন্না কাওথোকপা ওমগনি থাজদে। মুংঙাইরক্লবদা রাবরুবদা;—কার তোংলবদা, শান্তিদি শান্তি ওইদুনা ঐগী থম্মোইগী লেংত্রবা তসবীর ওইনা অদুম লৈরগনি। অদুবু মশিমদি থনখি ——"মা মুংশিহৈতবীনি।" অদুন। কিরণ মুপীগী অশিগুম্বী ওইদবী মচোরিং অশি উরুরগা ঐদি মুপী খিনিংত্রে হায়দুনা হন্না য়েংলক-পদদি কিরণদি "ঐদি তঙ্গক্রে" হায়রম্লগা কাদগী মপান থোকত্রে।

ঐনা কল্লপ য়েংলম্মী।

---

## নুপা হায়বদু অসিরা।

থাশিরমদাইগী অহিংনি। ফন নিংথিনা মপ্পী। ইশাগী খুংগু ইশানা থংজে হায়বতুনি। ভাব মেন তাজে। পূর্ণিমাগী লম্বেলশি অমম্বনি। মরক মরক্তা নোং মরিক মরিক তারক্কুনা উনা ঝানাদগী ফাওদোরকপা নোংলিক্লা লৈমায়দা পোপ পোপ তাররি। পূর্ণিমাগী খোংহৌদ খেঝাং কয়া অরাবা পী। মন্না আরতোগী গাং গাং লাওবা খোঞ্জেল হৌজিক্তা লাংবা লোইরি। অচুবু মন্থনা থস্নোইদা খেংলবোইদা মথল্লি। মতম অসিদা নুপা অমদি নুরব লৈরক অমগী মরিন চৈন অতুম চংশিনরি। মরুপিস্থ থক্লুদে। খিংলি খিংলি খিক্লিবা নোংস্তু কপিস্থ থৌশাদে। নাচুংবিদে। ঝাথলগী তরংদা তাওরি। কমথুংকন শঙ্ংকম অতুতা যৌনব কয় চংলি। ভাবনা দলান্নি শাই। ওসি অশিবু শোইরোইদোরিবা। কারক্তদ লৈসম্বদি।

থংগনি; শোইদে; ——— লৈদবু লৈরম্বদি। মহৌশাগুম্না জ্ঞান তাদনা থক খোংহৌ থুজিল্লোই। ইংব ওঙ্গনা হেন্না ফবা মতমস্থু মরৈ। মা নত্তহনা অমহু ফংলবদি কয়াদা জুংতাইগবা ……………………!! মরক মরক্তা অচোংপা মমায়

অহু কমালমা তৈথোক্লি। করিগুম্বদনা লৈথোক্লদা কম্না নপশিনক্লবা থোংউপ শংপ লাক্লরি। চংপদি লেপ্তে। থপ্পোই তিং তিং চোংই। অমম্বা মরক্তা; অমম্বা——।

ও। মুপা অসি পাম্মুইদা। সমাজগী লৈথোং শোম্বদা মাগী বুধি অসি শিজিন্নরবদি কয়াদা ফগবা। অউব কনান শোম্নরি। পাম্মুইদা। পাম্মুইদা। কলক পেম্ন পাম্মুইদা।

থর চংলগা লৈরক মচা অহু লাম্ভোরক্তুনা তুরেল মপাল তাবা শল্লম মচা অমা থেংনরে। মখা ওম্ন হায়ফেং য়োংলি মথোং অমরোম চংলে। হম্ন তুন য়েংবদা কনা উররোই-দোবা জগা অহুমক্কদা চিংনবমক্তুনা কনা তাম্নরক্লিবগে মতাগুম হায়ফেং কোয়েং য়েংলম্মগা মখা ওম্ন ফাংপা কোম্হোং অমদা অহুম লিংশিনক্লে। য়াম্না তপ্না তপ্না খোং শিং শিত্তুনা লাক্লগা মাঙ্গোল কাথংক্লে। থোংগী অহোবদা লিংথোরকপা মৈরৌগী মতাপনা জুপা অহুগী মায়থোংদা রেখা অমদি য়েক্লি। অহুবু কনানো হায়বদি অমম্বদা লৈবানিনা কনানম্ন থংক্লে। ইংন তপ্ন কাথংতুনা "ইচে" "ইচে" হায়তুনা থোংবাদা থুংকাপ্লীনা তেক তেক কাপ্লুরে। অমুক অনিরক থুম্নক্তুবদা মক্লিংথাংলোমদা তপ্না চংখিতুনা তপ্না "ইচে তাারক্রো" হায়তুনা শহম পিক্লা উচি লুম্বা হৌদোংগুম্না থোংবাদা অমুক অমুক থিম্ব লাক্লরাক্লে।

হৌজিক্তা চম্পু শোবগী লান্দা হমাং পাথরম্নিবী কুক্লবক্তিদো ম্যাই লাওক্লে। মম্নুংদগী তপ্ন হংলক্লম্মী।———

"কনানো?"

ঐনি ইচে থোং অমুক্ত হাংদোকউ।

ঐ হায়ববু কনানো ?

শক হেক উংলগা লোইরেদনা ইচে। শে থোংথুম অমুক্তা হাংদোকউ হায়দুনা ফাগৎ মতেকী রসনা মুপী অদুবু শুম্মংলে।

"ও। বাবু ওইরে। মমগ্রবা অহিং অসিদা।"

"অং ঐনি ইচে। খৌরাংবা হায়বশিমু অঙকপনি।

"অদুবু বাবুনা পাম্লিবা মী অদুদি শিদ লৈত্রে"

জ্ঞান তান মুপী অদুনা খুম্লক্লম্মী।

"কদায়দা চৎপ্রবা !!" মুপা অদুনা লাংতক্লনা হংলম্মী।

কুইরে মহাক অদো মফম অসি থাদোক্লনা চৎত্রে।

অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু থোং অমুক্ত হাংদোকউ। ঐ মনুংদ. চংলক্লে।

"ওন্থোকপনিদা নহাশিদে। থেংলবা অহিং অসিদা করিগীদমক অদুক যাম্না খৌরাংলিবনো। মুপানবু অদুম্মা ইন্দ্রি খুদুন চম্বা ঙমদ্রবদ্দি কদায়দগী পুন্সিগী লম্বেলদা মায় পাকপা লমথোইবা ওইরগদগে" হায়ন হায়ন কুঞ্জবতিদো য়ারোইদৌরে হায়বা খংলদুনা থোংগী পৌরোল শৎত্রে।

মুপা অদু তপ্না মশা অদু তাশিন খোমজিঞ্জদুনা ইমুংদা চংলক্লে।

কুঞ্জবতিনা মাবু মোরা অমদা কমহল্লে ! মহাক অনিমক তুমিন লৈনৈ। কুঞ্জবতিস্থু চকুগী লান শোক্লবদা বা হৌদোকপা ওমদে। মহাক্তুং পোথাবিখোকো বাবু হায়রম্লগা পুন্সিগী চকুদা ক্রোক ক্রোক ওংলি। চগা কাদনবা। চেং চং-দনবা। মুপা অতুস্থ বা পাক হৌদোকপা ওমদ্রে। চুরুপ মচৈ অমা চম্লগা স্বর শাংন শাংন হোন্দুনা অরাবা পোথোকই। অস্থম মহাক অচকপগী অগাতু অচিকপদা তিন্দনা লৈখ্রে। লাংলিবা হায়ববু কৌজেং হারৌনা মরক মরক্তা হায়কেং নোক্লরিবা অতু মওায়রে।

মিনিট ১০ রোম হৌখ্রে।

কুঞ্জবতিনা থম্মোইদা মওন মওন শল্লি। মসি অসি মহাক ঐগী লাংদ থুরব শক্তি ওইরেসে। ঐন তৌ হায়রিব মখৈ তৌগদৌরি। কন নিংথিন শেল লৌব য়ারনি। অতুবু মুপা ওইবসি কয়াদা তুকচরবা ! ময়ুমদা ইচাও চাওনা লৈরিবী লৈহাও লৈরেন্দগী হেনা নিংথিরবী যুবতী অমা লৈরি হায়বসি কাওথোক্ত্রনা। লৈখোম লৈনাংগী কোমদা ইরুজনবগিদমক থেওবা অহিং অসিদ লাক্লি। ঐগী লৈজবা পোৎপু কেংলগা শিজিন্নগে হায়ত্রভুনা মীনা চাখিবা মরক্তা, পুথম অমনবদা চাগনি হায়তুনা কোয়চেন চেল্লি। মসিবু মুপা ওইবগী হৈনবিরা ! হায়কেং রাথলগী লাংদা থুরুরগা কুঞ্জবতিনা মোমোন নোক্লা "বাবু, কদোমদা লেংবিরুবনো" নোককেং তৌব চিম্ববাম্না মুপা অতুগী মায়থোংদা কল্লপ য়েংলম্মী।

ঐ ইচেথোয়দা য়ৌনবা হায়দুনা য়ানা লাক-শ্রবনি। কদায়দস্নু চৎলুদে। মুপা অদুদগী হেক হেক কাম়থোরপা চুরুপকী মৈথুনা লৈন লৈন চৎথিদুনা কুঞ্জবতিগী মারথোংদা পোপু পোপ তারুরি।

কৈ। অমবু ওইরবস্নু অমবু ওইরবস্নু কুঞ্জবতিদো ঙসিদি ইরাং অমনি। ঙসাইনা থেমদুনা থাদোকখ্রগে তৌবনি। অদুবু য়াদ্রবনিনা ঙসিদি কোৎতুনা লৌরনি চায়না আশা তৌরি। মুপা ওইবশিংসি অসুম্বা মরক মরক্তা মুপীগী লাংদ হেক হেক থুই। পংথৈ। তৌ হায়রিবমথৈ য়াই।

মুপা অদু ঙহাক তুমিন লৈরুরগা চুরুপ মপী অদু কস্নোক কস্নোক্লা "ইচে ফাগি নত্তে! মহাক অদুবু কদায়দা চৎখ্রবগে" হায়দুনা কুঞ্জবতিগী থম্মোইদা য়াথলগী চাংজোনা লৈরায়দা য়েরুবতু মিকপ থোকহল্লি।

কুঞ্জবতিনা য়াম্না চৌং-লেম্না থুমক্লম্মী।— বাবু মহাক অদুদি ময়ুম পানখ্রে। পুন্সিগী লম্বেলদা মোমবতি চমখ্রে। মৈঙান উব; অঙানব শকুম। অমসুদগী অঙানবদা হায়ফেৎ য়ান কাথৎপা পুন্সি শেংমখ্রে।

মুপা অদুনা য়াম্না তপ্না "ঙসিদি কাররোইদৌ-রিবরনে ইচে" হায়দুনা হায়ফেৎ মোমোন নোক্ল মুপী অদুগী চিঙ্গান্দা অমিৎ অদু থমখ্রে। থম্মোইদদি থনথি।—— ঙসিবু শোইরবদি নংগী কেশ অদু থংগনি ঙম্নিবমথৈ ওৎকেদো।

কুঞ্জবতি থোইন হেম্ন লৈশিন্নবা চহিগী শক্তম নত্রি। হৌজিক্তা হম হম চাওরক্লিবা লৈরাংগী শক্তমমক নত্রবশু য়েংবদা মিং থুপ্লি। হায়ফেৎ মমিং চৎপী কুঞ্জবতিনি। মহাক্কী খুত্তা মী খর লৈ। ছাত্রী য়াওরি। মৌশ্নু থরনি। করিগুম্বদা তাঞ্জা চাদ চাত্রগা মায় ঙাকপা ঙম্বী মুপীনি। অচল পংওই ওইদ্রি। ফন নিংথিনা কুচু লংলি। ফন্নপ তোবা মিৎয়েংনা পাখং-শিংবু শুম্মৎপগী মন্ত্র অদু চিন্ফা পুরি। হৌজিক্কী মুগকী লৈশাবী গুম্না নিংছু খায়না চৎপা হৈত্রবশু ফনেক খুংয়েপ্তা লৈরপ তৌদুনা থবাক্কী অতোংবা ফজবা পুথোকপা ঙম্মি। থুনিং কাংগাং চত্তুনা তুংয়ানগী নিংথিরবা শক্তম্না পাখংশিংবু শুম্মংপগী মন্ত্র অদু মহাক কাওদ্রে। শমজি অদু লৈরপ তৌদুনা কোকতোন্দ্রা পুনথৎলি। ইম্ফালদগী নিংথৌখোং তাখিবা মী থুদিংমক্না ইম্ফালগী "থৌরানি বরকন্যানি" হায়নরিবনি। ইরাং-ফলাং, মিংয়েং-নায়েং, ফনেক খুংয়েপ, শন্নুল লাকপুল অম্মাগী অম্না থৌরানি বরকন্যানি।

কুঞ্জবতিনা অপসরাবু ঙমজবী মিনোক্কা মুপা অদুদা হায়ফেৎ থম্লগা পুমবুম তাবা নিং অদুমক লৈরপ তৌনা থোংবাদা হায়রপ ঙাবোই থেংবোই তৌরদুনা মোমোন নোক্কা "মহাক্কবু পাম্বরো? মহাক নত্রবদি য়াত্রবা জাংলো?" হায়দুনা জগৎপূ শুম্মৎপী মিৎয়েংনা মুপা অদুগী মায়খোংদা হন্নাও মিনোক্কী মমি তাহনখ্রে।

মহাক্কগী রা ঙাক নত্তে। ঐন লাকপদি নহানগী-দুমু থম্নসিন্না থবনি।

"ও ! নহানগী হায়বদি কেশকিছুগিরা ?"

"অং মতুমক্তি" হায়দুনা মঙক নোম্লম্মী !

অদুবু কমদৌসি হায়বগে বাবু ! হেক পুরুরগা সাহেব অদুনা কাঔথোকপিরক্লবদি অরেম্বদ চোপ্তুনা তোক্কত্রা হায়না কৌজবতনি।

অদুক লায়বা য়াহুবু ইচে। পুন্সিগী চাকথোংগী শাম্লবদা চানিংদবা করম্ব কনা লৈরমগদগে। অদুবু খর্দি শিংনা চৎপা তাই। বাবু অদুনা শোইদি শোইরোইদৌরিবোইরে হায়দুনা খর শাংনা মুংঙাইবগী য়াগদা তাওরম্মী।

"করম তৌসি হায়বগে" — মুপী অদুনা মখা তারম্মী।

হৌজিক্কী যুগতা চৎনরিবদি ইচে, য়ানোম্লিবনি হায়দুনা ইচেনা শীনিংলিবা পোং অদু পুরগা মাগী মনাক্তা তোয়ন চৎখ অসি চৎনৈ। ইচেগা লোয়ননা তোয়ন অমুক অনিরক চৎমিন্নবগী দরকার লৈ। শক থংনরবদ ; জ্ঞান তানরবদ ; মমৈথংদদি মা মতোম্মতা থাদোকপদা করিস্ত কায়দে। ঐখোয়না পীজগে হায়রবদি চোম্নীদনা। পুন্সিবু হাগত্রা ।। অদুবু তোয়ন চংশিন্নক্লবদি করম্ব মুপা ওইবগী থম্মোইনা থাগুদুন লৈব ঙমগনি। নো মদি শোইদনা মচিন্না থোক্লা হায়জরকনি। মতমদুদান; ঐখোয়না লাং থাক্কদবসি। মসিগী চৎনবী অসি হৌজিক্কী যুগকী শকহেনবী লৈশাবীশিং অসিনা থবক কংনব হোৎনখদ য়াম্না শিজিন্নে।

মসিমক তুকচত্থনা ঐদি মুপী খিব কিরবনি ইচে হায়বনচিংবা কয়া হায়রুমা ওস্থোক ওস্থোকপা মন্ত্র কামশিল্লি।

কুঞ্জবতিনা থম্মোইদা নোক্লি।

মুপা ওইবশিংনা মাগী মাগীবুতা শেংচনিংবোইরে। মজাতীগী মচনশিংগী ইজ্জৎ যোস্থোকপদি কারস্থ নাচুংবিদে। থবক হাপ্লদা বাবুশিং সাহেবশিংনা চাওৎরবা পুথমশিং অহু নোংমদি অশেংবনি থন্দুনা কনা অমদা চাওনা লুচোংথিগনি মাগী শাগৈদা থুংলুত্থনা শাগৈগী মৌ ফাওবা ওইরবা য়াই হায়বাস। মুংকী মুপাশিংনা কাওথোকপোইরে থন্দুনা থম্মোইদা নোক্লি। অহুগা করিমগু থংদব শাশিমরক্থনা কুঞ্জবতিনা হংলম্মী।— অহুদা বাবু সাহেব অহুনা মুপীমচা অহুগী অগ্নামন থরদি তৌবরকঞ্জা ?

কনি মহুস্থ ঐন ফনব শিনগে। অহুবু করম্ব মতমদ তৌশিগে। অহুনি লুরিবদি।

"ঐগী য়াদি থংদে। পুম্নমক বাবুনা ফনবা শিন্বী-গদবনি' হায়না কুঞ্জবাতনা য়াহৈগী শিংচেপ থাজিল্লি।

মৌ অহুবু ঐবু মশক অমুক্তা য়েংগেনে।
হৌজিকমক্তি থেংমনগ্রে। হয়েং অমুক য়েংলো।
লোইনমক য়েংব য়াগত্রা ?
মামক্তী ওক্তবী নত্রি।
অহুবু কৈদোই হায়নগে। ইচেন শিন্নগ লোইরেদনা।
কদায়দগী অমুক্তী ফজগবরো! হৌজিকস্থ থেংমনব্রে।

অতুদি ঐন লাক্লিবসি কাম্নদ্রে। ঐদি কান্নদ্রিমথৈ হল্লুরোই। শিদম্নুম লেক্লনি।

লেকপবুদি লেক্লনি। অতুবু মহাক্কী ফংলরোই।

ঐগীদি লাক্লগা নামং মাংবা শুকয়া য়ারোই। নামং মাংবা তারবদি ইচেগী কেশতুম্ নামং মাংনব শিনগনি।

বাবুাগবুদি করিগী নামং মালুগনি হায়রবগে। শোনগুম লাক্নুম তৌতুনা শুরু শুরু নৈশিনখি।

কুঞ্জবতিনা থংলে। মুপা অসি পাক চংলু হায়বা য়াররোই। মাবু ওসি নিংবা থুংহনখদ্রে মাগী মথুত্তা লৈরিবা কেশ অসি শোইদনা মাইখিবা তারনি। ম্যাজিষ্ট্রেট অতুগা বাবু অতুগা চপ মান্নে। অমত্তন। অথংবা কনানা ম্যাজিষ্ট্রেট অনি শুরে হায়নারবনি।

তাংশেংবমক্লি। অফবা শাহুনা অহিং লেকচংশি হায়রবমু হকচাং অসি ইচোক চোকথহনা পুন্সিগী ময়েং তানবগী মচাক ওইরগনি। হন্দক্কী কেশকী মতাং অসিদা মাংবা য়াবা চুজ্জং কয়া মাংলবনি। সমাজ অসি ওস্থোকপনি। অতোপ্পতদা তুহংলে; সরকার পায়বা মীনছুম হেন্না মীবু মী ওইনা উদে। চম্প্রাশি অমতং ফজরবদি মখোয়না তৌরিবা লোইরে। মাইক পাইবা কেয়ানি;— মাংদ চুরুপ উপু অমা। নত্রবদি রা খুম্বিপোং নত্তে। মৈতৈ সানিজ ওস্থোকপা সমাজনি। ওস্থোকপা।

কুঞ্জবতি অহ্ রাখলগী বেলুন্দা ওহাক কোইরুরগা ফনি বাবু হয়েং কোর্তা লাক্লগা 'পংচাওদি চাওবিগনুকো' হায়রুনা হায়ক্কেং কাগী তোরম্লগা খুদৈ অসি হোংদোকপীয় হায়রুনা গমশা মতেক্কী খুদৈ অমা উপুদগী লৌথোক্লুনা নুপা অরুদা পীরে।

নুপা অতুগী মায়থোংদা হরাওবগী তুরিনা ময়েক শেংনা য়েকপগুম্না নিংখিরে। মোমোন নোক্লুনা সরকারনা তলব পিরক্লা পীবগী মহয় মাসগুম্বদা কাম্নরবদি এখোয়গী কাম্নকম অসিবু করিদা লৈরিবগে থন্দুনা মোমোন মীনোক তমজরে। অমম্বগী মরক্তা অমম্বা লৈরিবা অতুদি মাদি থংদে।

অহিং অতু ফন থেংজনখ্রে। মীচিক মীরাও.খাল তাখ্রে। কাদা ইভান ভালম্বা থাংমৈ অমম্বনা কুপশিনখ্রে। পুন্সিগী ফজবা শকুম পোকপদা লোইনরকপত্ তাইবংগী ছৈজদা মথোং থ দনা চায়থায়রে। অমম্বদা চংলি পুন্সনা। অভাম্বদগী থোরক্লগা। অভাম্বা। পুন্সিগী অভাম্ব মৈরী পুহুনা লাকপা অ মেক অমম্বদা তিনহ্ল্লে। অভকপা পুন্সনি মীওইবগী। পুন্সি। অমম্বদা হৈনবা।

নোংঙ ক্লবদা বাবু অতুগী পুমবুম তারবা পাম্বোম অদুনা অয়ুকী লিক্লাগুম খোইরাংবা রত্তি তরেং ভমজবী পুন্সিগী লানফমদা অমুক্তং মায় পাক্লবদিকে থন্দুনা বম্ন মজেল চেল্লিবী ইচে কুঞ্জবতিগী থবক্কী অতোংবদা তাদুনা লৈরাম্ম।

কুঞ্জ তিনা "হাঃম নুপা হায়বত্ অসিরা"! হায়রম্লগা মমায় খুমজিন্দুনা অমুক হন্না তুমথখ্রে।

# পূন্সিদা অমম্বা ।

হোসপিটালদনি ।

পরেং নাইনা থারিবা ক্ষমুং অমত্ত হাংদে ' অনাবা ক্ষয়া পরেং নাইনা হিপ্পি। থেংন লাকপা কাংবুনা সিত্ত ক্ষংদ-হুনা মপান্দা। ক্ষমুংদা ।— মপান্দা নাহে ——— ও। কনানা মরক মরক্তা নর্স না কোক কোক চংপগী মথোল তাই। মত্তোন্দ পিন য়েবী; থুনিং রাংবী। অনাবা হংব লাকপস্থ কো-ক্সাইনি করম তৌরে; —— হংষ্ট। কনাদা ? অনাবদ ; — চৈনা ক্ষংলবা ? ডাক্তরনা হায়বা মতুং ইম্না নর্সনা অনাবগী চানবা ক্ষটিন টেবল থেংলা। পুংশিংগা কোম্ননা। ক্ষক্লাংদ। লুখুংদা। নক্ক।

ঐস্ত্র অনাবা হায়বত্তরা।— খংদে, হিপ্তুনা লৈ। রাথলনা লাম্বদা বৃদ্ধ থোক্তে। হুচম চমমনৈ। মুম্ন রাথলস্থ থন্দে। মংস্থ মংদে। হিপ্পী, চায়, তৌক্ষম খংদে। গুসাই থকখিবা বিঁড় মতেক অহু থিরি। চম্লি। মৈখু কামথোক্লি। মৈখুগী অমম্বদা ঐগী পূন্সিগী অমম্বা উরি। নৈ নৈ। ও।—— পূন্সিবু অসিরা ? অসি ? অমম্বা।

ঐন হংখি করি তাকপিগদবা। নোঙ্কুপা। মপান্ন করিভৈদা ঐনা মাগী খস্মোয় ছুরাপ্লবা য়াই। পাখং কপ্পা কাহ্নুনা। মাগী ছুংশি-জবতুমক ঐগী ইনাক্তগী লাপথোকহন্নমদবা য়াই। ঐগী ইয়াংদা তাওংনুনা। অদুবু ওসিদি ঐনা কায়াদা নোঙ্কুপ্পা মঙোন্দা। নোঙ্কুকপা শককমদা। ব্যবহারগা লোইননা। মানা মমক খংনা ঐবু কৌরহুনা।

"বাসন্তী"

"করি হায়রগে" — শোঙ্হাংনরবা খাইদা ঐন খুমখি।

হয়েংদিনে চোকশিল্লু। নংগী চমোং চমোংপদ্ব য়ায়রোই। খংলবা! কল্লপ হায়বা থোঙ্হাংনি।

"হয়েংবু করি তৌপদৌরিবগে" ঐন হংখি। কিরপা মেডিকেল ডিরেক্তনা হোসপিটাল অসি হয়েং চোক তৌগনি। পুন্নমক চোকশিল্লু। হায়রম্লগা মমাঙ লৈথোকখি। খোঙাদনা।

খংনবা নর্সনা হংখি ময়ুপ্পা। ডিরেক্তর শাস্তি অসিবু মরুক মপাও কদা?

মরুক মপাও কত্নুন কৈনগী। ঐখোয়না থবক কহনবদি। অচৌবি ... প্রায়জিং তৌবা, অওবা। অচৌবা।

ঐন তাখি। শাস্তি। খল্লুই করমা শাস্তি। ওসিন তাক্নিবা অচৌবা ডাক্তরশং য়েংশিনবা ওবা শাস্তি। ঐন খেন-খিবনা ঐগী পুন্সিগী প্রেমগী পুজারিদা মায়থিপ্পবা শাস্তি।

ইমান ফন য়াদে। ঐন অচৌব অকিশারনি হায়বন্থু তাই। ব্যবহার তৌই। শেলনা ঋম ঋম ইরুরবদা ইমাস্থু খদাং ইল্লগা তোকখি। হায়দি হায়খি। মুপীমচা নংনা তৌরিসি ফজদে। মুপী হায়বসিদি মং অনি শুইহেদে। মপুরোইবদি ঈশ্বরনি। মিংনা উরবা। ঐন খোশাখিদে। লাইারক হৈভবীনি। থাইনগী থোইবীগী মতৌব হৌজিক য়ারিব্রা? সাবিত্রি ঙাক্তা ঙায়রবদি লোইন চরা হেল্লনি। কামদবনি থম্বালমু। মদোম মাংজবন্থু-মঙাইদনা। মুঙাইবা পূজিদা য়ানা। মথোং থংদনা। কপনা, নিংব থুংদনা।

দেবোচন্দ্র লাকই। রাজধোন চংথি। শমু লাকই। শ্যাম চংথি। অম্ম অম লাকই অম চংথি। লেপ্প নাইদে। হিয়াং কুম্মৈগুম্মী। কারগা জীপকা তোংনিংবদা তোংই। নাই-লোনগী শ্রিং নানবী ফি ফজবীদ, মচেং অম্, ইল্লগা তংথাই অমা লৈপাক্তা শ্রো শ্রো চিংহুনা ইবদা ফজবা হাপ্পী। পাম্মবা থংদে। লৈবিমবগী লৈবিনব ঙাক্তা। মথোয় মশেল হানবা তাম্মৈ। ইমাস্থু গাত লৈত্রহুনা তুমিন্না লৈশি। চানিংবতা চায়। ঙাক্রা, যগোম, শরেং, রৌ, নোংমগী কাংদে। অমনা লৈহুনা হান্ন চংলক্লবদি অমনা মনাতোন কামহুনা মম্মদা হনখি। শাওনা; অর্থ লৈনা। মিং শুক্তোক্নু না। ঐনা নোকখি। হয়াওখি। অমম্মনি থনখিদে। অঙানবা। মসিবু অমম্বা। করম্বা পূজিগী অমম্বা ঙকখি।

অম্মম চহি মরি হৌখ্রে।

মোংম অমম্বা অহিংদা ঐগী পূন্সিগী অমম্বা অমাবষ্যা থোক্লে। অমাবষ্যা। পূন্সিগী ভাল্লরোইদোবা। থাশি। অমুক হুম্বা ভাল্লরোইদোবা। কৃষ্ণপক্ষ। তুমিৎ অহু ঐবু শকথংদবা তুপা অমনা পুক্তনা য়ুমদগী মপান থোরক্লম্মী। অনৌব ওইন খল্লুদে ঐন। মতমচুপ্পদা তুপাগতা লোইনহুনা লৈরবা ঐগী পূন্সি। করিস্থু নাচুংবিদে। কিবিদে। থোশাবিদে। ইমান হায়বা মতুং ইম্না তুংথিলদগী হৌনা কেন্নবা মায়থোংনি। মকে শেল্লবা। পাওডর চায়রবা কি। মনম তুংশিন্নবা। চেংহি অফুংপা লুক্সবগী মনম। অর্থ থোক্লবা কুন্নিং। তকপদা লংলব শেন্দগ, মহুৎ মহুৎ লাংবা মপান নাইবা কনেক য়ুমথংনবগী মেম্মনা ভাসিদি কেন্নেদা হায়হৌরিবনি। খোয়থা শেংথরগা কাংগাং কাংগাং থোরকই। ফজনা, লেম্না; মিহৌহম্না——তুপাহুগা লোইননা। খর চংলগা কোম্মোং য়ৌরগা কারদা কাথংলে। মহৌশাগী কার। অর্থদি থেন্নবা। মচু মান্নদবা কার। তুপা অহুনা কার মম্না য়ৌবমক্তনা 'ম্মরনি সার' হায়হুনা থোং হাংদোক্লুরে। তপ্না, কনা তাহন্দনা। 'ফনি কাথংলকও'। মহুংদগী হায়রকই। তুপা অহুনা মনিংগী থোং হাংদোক্লুনা ঐবু মনিংগী শিতপা কমহল্লে। অনৌব তুপা অমগী মনাক্তা। শকথংদবী। তুপা অহু হেন্দগ কোনগ্রে। ঐথোয় কন ম্রায় লাপ থোরে। অরাপ্পদা; মীনিন ভাত্রবা। ইংলবা শান্তি লৈরবা। অরাপ্পা। পূন্সিগী লাপ্পগদবা মকমদা।

মিকুপমুক্তা কার মহুং অহু ইচিক চিকই। মা ভাংনদে। লেমৈ। ঐস্নু ভাংদে; মথোয়না হৌদোকপস্নু তৌদে।

সুম সুম লাপথোক্লবদা মীনিন তাত্রবা চিক্লবদা মুপা অহুনা হায়রকই 'ইবেম্মা নংগী মুংশি মুর্ত্তি অদো অমুক্তা থম্মোয় পেম্ম লাচ্চগে থনবদো ঙসিদি নিংব থুংব তারেদো' হায়না লংনব হৌরক্লে। তুপী লৌথোক্লে। তাই কোমহল্লে। ঐদি ঙসাইমথৈ করিমত্ত থৌশা-রমদবনি। অহুবু মুপা ওইবগী হৌনবী অহু তৌরকঞা হায়না চিংনব পোক্লম্মী। থম্মোয়না হকচাংগী কি শেমজিল্লি। শারি মত্তেক্ল হকচাং অহু ইয়েং য়েংশিল্লি। চোকশিল্লি। অহুবু ফজবগী রেখাদি তোঙান তোঙান তারি। মিং পেল্লি। অর্থ চেন্নব মীনোক্লা মুপা অহু নোক্লি। তপ্পা। মোমোন তৌনা। পুন্সিগী অমম্বনি হায়বদি থংলমগত্রা মুপা অহু ঐন চিংনখি।

ঙহাক লৈরগা ঐথোয় কারদগী কুমথরে। ড্রাইভর অহু ঐথোয়বু হন্দোক্লম্লগা চংখ্রে। দলান অমদনি। লবুক ময়ায়দা শাবা। অইংবা, শান্তি লৈব, কনা থত্ত তাত্রবা। মহুমক্তদনি। মুপা অহুনা ঐগী পুন্সিবু মান শেমনি থাজহনখি। ইশামক্লা শেমজবা ঙমত্রবা পুন্সি। মানা শেমনি। ঐন থাজক্লই। পুন্সিগী মুম পাম্লবনি। মুম পাম্লবা। অরেপ্প লৈরবা! ইমান হায়বা ইল্লবা। হন্নাওক্লই। মতমহুদদি ঐনা। ওক্শারনি থল্লুই।

অহুবু অমম্বা পুন্সিনি। অমম্বা।

মুপা অহু অকাওবা ঠিকাদার ওইরম্লে। মুপীদম হৈনবা। অত্যাচার হৈব। মাগী ড্রাইভরনা শিন্দুনা মুমিং অহু মাগী চেক্লোলদা পুরকপা ওইরম্লে থা নিপাল লৈখিম্নরে। পুন্সিগী

হৌনবিদা তাওহনা। যৌবন মথোং কারকপগী লৈহি অপুম্ব: থম্মোই পেম থকতোকখ্রে। নোংমত কাংদনা। অঙুবু কায়নথংদা; নিংৱ কায়রবদা ঐগী লৈকম লৈরক্লে; ঐবু মৌগী প্রমোশন পিরগা খাদোরক্লে। ফজব মাংহুন মতম হেল্লবদা। ঠিকাদার অচৌবা জয়ন্তকুমারনা ঐগী পুন্সিগী মায়দা দাগ অমা থম্লে। কাওরম্বোইদৌবা। পুন্সিগী মুংলম্বোইদৌবা। মীন তুক্চরবা মৌ। হৃম য়েংলম্বোইদৌবা। খোইমু কনা পাইরম্বোইদৌবা। পাখংনা পামজ্রবা অঙাং অমগা কোম্বনা। নয়ুমদগী হান্ন লোইনরকপা অঙাংদি ঐ য়োকপা ঙম্মোই। অঙকপনি। তুজুংব। তাবদ স্বাই লাওবা। হায়বদা লায়বা তৌবদা লুবা পুন্সিগী থোথোক্তি পুন্সিগী। মীওইবগী। অস্থম্বা ———। তাম্মোকপিরক্লে।

ঐগীদমক স্বাবনা ইমাস্থ পুন্সি লোইখ্রে। স্বর্গ কাত্রা নোরোক কুম্বা ঐ থংদে। অ'সবা মশাহু মৈদা দান তৌখি। পিক্লিবা ইচাম্থ মবোক্কী মতুং ইন্দুনা চেনখ্রে। চরা হেল্লবী ঐগী পুন্সিগা লোইনররোই থল্লমল্লে। ঐ স্বাবদা থম থেংখি। তৌফম থংখিদে। পুন্সিগী খায়াত্তা তাখি। অস্বাবা।

মথোং কারকপগী নিক নিক লাওনা ইনথংলক্লিবা যৌবনগী পুন্সিবু লাইফদিবীগুম কোইথাং থাংহুনা শাম্নরুরে। পুন্সিগী মমলবু থংদনা অহোংবা মমলদা মনতিক্করুরে। অম্তন থল্লব খোইহাবু মথোং থংদনা লৈমায়দা হৈদোক্তুনা তিন কাং কৌজেংদা পিজরুরে। পুন্সি হায়বসি খুবম অমা শোয়ব য়াদবনি থংদনা ফুংঙাইবগী পাটিতা লৌহুনা তাইবংগী ষ্টেজদা কুম্বুবদগী

ওসিদি খোংকম খুদিং তুলসি মনা চায়খোক্লরে। ওসিদি পুন্সিগী অমম্বদা মিং পাংবা হায়বস্থ ওইরে।

অসিগুম্বা ঘতনা অসি থোক্লক্লবদি পুন্সিগী ওইনা মাংবা তারেদকো খন্দুনা মতিকচাবা মুপা কয়া থিরক্লগা কংলক্ত্রবদা ঠিকাদার জয়ন্তকুমারদা লৌনমতুনা পিখিবনি হায়বসি থক্লরগা ওসিদা ঐগিদমক রাগ্রবী ইমা অতুগিদমক মিংলুদগী পিরাং শিস্থরি পিরাং। পুন্সিগী পিরাং। নিংব কায়বগী। অমম্বগী মরক্তা। পুন্সিগী অমম্বা। অমম্বা।

নোং ওাল্লকপদা মেডিকেল ডিরেক্তর শান্তিনা তাখি। ওসি মুপী অমা হোসপিতালদা লৈখিদ্রে। বাশন্তি কৌই।

"বাশন্তি।"

তপ্প শোনখি। "বাশন্তি।"

---

## সামজ সেবাদা

দোজ মাইরংদা মিলিটরি ময়াম পুহনা লাক্লিবা কেপ্তেন অহনা কুমথরহনা লাওরক্লম্মী —

"I shall kick out you from the car".

নোংশাগী থোল্লাওনি। অকিব ফংবা। থক থক নিকপা।

কার তোংলিবা হুপা অহদি করিস্থু থোশাদে। মোমোনতমক নোক্লম্মী। করিগুম্বা পাওখুম অমত্ত পীদে। কারগী থোংবাদা মখুৎ নাম য়াম্থরহনা হুপা অহুদা শংত্রিক য়েংহনা লৈরম্মী। শাওবনা থুম্মংলবা থোনা লৈবগী মতৌনি। মোমোন নোকপগী মতৌনা মায়থোংদা রেখা অমদি য়েক্লি।

দোজ মাইরংদা তোংলিব হুপা অহু শাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মিং শুকদ্রে। মকোই অহু অমুক অনিরক ফং ফং নাল্লম্লগা চংশিন্দুনা শিপাইদা করেম্নরবদি চৈ চাগেতনি। ঐথোয় শিপাই হায়বসিদি ইমার্জেন্সিদা য়ৈথংলি হায়হনা নংদু হৌজিক ফুদবদা কনানা কনবিরনি হায়হনা রেক্রি অমুক্তং শাংন থোংলকপদা শিপাই ময়াম্না কার তোংবা হুপা অহু ইকোই কোইশিন্দুনা লৈরম্লে।

তাইবংগী কৈথেল অ'স ইত্তং তত্তনা মী ইন্নে। হমিদাংঙ্গাইরম মীন ক্রক ক্রক ইন্নব জগাণ্ডশ্নি। চংপদা লুবা। খোংফম অম শোইবদা পুন্সি মাংগদবা। অরুবা তানফম। পুন্সি !! অদুম্ব পুন্সি !! মীওইবগী ॥

পুন্সিগী কৈথেল কাবদা অমনা কার জোংডুনা লাক্লি অমনা দোজ মাইবংদা। অমনা একাগাড়ী অত্তংপদা। অমনা খোংনা। লমজেল তান্নরি য়োৌব হান্নব। মনি চেকপনি হায় মখোয়ন চংলিবছু। সুংঙাই য়াইফবা য়ুম্বাল থিবা। অমন তুবদা হন্ন য়েংদে। কন্দুন চংথি। ঐন নোকথি "হৌগংপিরম্মুদনা!" থোশারমদে। নাকোইননা চংথি। মোমোন নোক্লা। মীওইবা হায়বহু অশিরা। ঐন থনথি। অচৌব তান্নবা। অমগ অমগ চানরগা হরাওনবা। মিং কোংখোক্লবা।

ঐন নোংমথক তশেংনমক উথি।

মুংথিলদনি। চরান্সিদনি। কার থোব মুপা অহু তপ্প তপ্প নোংচুপলোমদগী নোংপোকলোমদা লাকপহুমক ঐ উথি। খাইরম্বন্দ কৈথেলগী য়ং য়ং লাওবা মী তিন্নব মতমহুমক্কদনি। তাঙ্গা অসিদা দোজ মাইবংদা মিলিটরি ময়াম পুতুনা লাক্লিবা কেপ্তেন অহুম্ব কম থোজল্লকপনা পুলিশ ষ্টেন্দ অহু য়োৌগদবা থক্তিক্ত মণ্ডায়রে। ঐ থাই লাওথি। মনাক নকপা মীওইশিংনা ডক্লথি। পুন্সিগী লানফমসিদা তৌরিশিবু করিনো। শোইররনি .................. শোইররনি। থে গাইনরোইদ্রশে! মনাক নকপা

মীওইশিংনা শোয়খি। পুলিশ ষ্টেন্দা লেপ্লিবা দারোগা অহুনা য়েক্রি শাংন শাংন খোংহুনা খোংদৈ থুনা থুমাং চাওশিন্না মথুং নামনা মিলিটরিগী গাড়ী অহুবু থিংব লাক্লি। অময়োমদনা কার তোংব হুপা অহুবু থাদোক্লবা হোৎনরি। অহুব মিলি-টরিগী গাড়ী থোরিবা হুপা অহু করি তৌরবনো থংদে। ঙসিদি পার্টি য়াওক্লরবরা কৈনো দারোগা অহুনা ই'ঙ্গং তৌরিবা অহু করিমত্ত থৌশাদনা থৌজিন্নকপনা মিলিটরিগী গাড়ীনা পুলিশ ষ্টেন্দ চপ চান য়ৌশিল্লক্লে।

করি থোক্লরগবা।

পুন্সিগী লম্বেলদা অনিমক থেংগাইনরগদ্রা? মসিন্না হাৎনবা থিন্নব ফুনবা চৈনবা সংসারিক হায়বদো? ঐন য়াম্ব মান মুকপা। মান য়াম্বা ঐনা ঈ তাবা। অনিমকী মাংবা। মসিদা ঐথোয়না করি কান্নরি।

ঐন খনখি। মীওইব পুন্সি অসিদি ঙাগী সমাজ ওইরে। অচৌবন মচঃ কাহুনা চাবা। অঙম অঙম্বা হাৎনবা।

মতমসিমক্তদনি। মিলিটরি কেপ্তেন অহুনা দোজ মাইবংদগী কুমথরগা য়ায় শাওনা "signal পিরিবসি ননা তাদ্রা? অথবা মিলিটরিগী ইমার্জেন্সিন চৎপদা করিগী ডিস্তার্ভ তৌরি-বনো" হায়হুনা থীনা চৈবগী খোঞ্জেল তারিবা। ওম্বোকপা অঙকপা দৃশ্যগী ষ্টেজনি। নাকন্দা লেপ্লিবা মকোই চোম্বা অহল অহুনা "ইবুংঙো পুন্সি হায়বসে অসি ঙাক্কি। অকম্বগি সংসারনিনটে;

লিংজেল মান্নবা' হায়রম্নগা তপ্প তপ্প মালা মরিল ইম্ন চংখি। অশোম্বা মীবু তুহংপা, লিংজেল মান্নদ্রবা দেশতী মীনাই ওইনা লৈবা হায়বসে ঈশ্বরন! শেম্নক্লবা তাইবং ষ্টেজগী নায়ক ওইর-মাল্লে। অসিনি দ্রামা য়াওবা অঙাওবা মুপা অতুগী রাখল!

নোংমন্থ শিপাই শাবা থানা অনিনা বস ড্রাইভর অমবু শাথিনা ফুখিবগী পাও তাই। থানা, শিপাই হায়বসিবু মী ফুনবরা নত্রগা সাধারন প্রজা মীওইববু খুদোংথিবদগী ঙাক্লবরা !! নাকল অমরোমদগী মীয়াম লাওনরকপগী খোঞ্জেল তাখি। কনানা অম্মম্ন ঙাংনৈ, মিলিটরী কেপ্তন অত্থ ফাজিল্লগা থমউ। কনানা হায়নৈ, শিপাইবু কনানা ফারুগবনো। নোং-মৈনতুম কাপ্পক্ত্রনা লৈবাক রাখোক ওইননি। পাদোকশ্রো।

অফাওবা রেষ্ট'নগী জজশিংগী মতনি।

কোর্ত্তা হেক পুথোরকপা মী খুদিংমক জজগী মমাংদদি সাধারন মী ওইনা মরাল লৈতে হায়না লৌগদবনি; শক্তা অসি মাল্লিনে। শক্তা অসিনা তৌরমগনি। অম্নম্ন খল্লবদি অচুম্বা বিচার ফংলরোই। করিনা হায়ববু পুক্নিংগী অনিংবগী মতুং ইম্না বিচারগী রায় তাগ্রনি। অদুনদি থানানা ফারিবা শিপাইনা ফারিবা মী খুদিংমক অসি ককনাগী মরালনো হায়বা থিজিন্বা দরকার ওইদ্রা? ফারিবা মহাক অদুদা হেক্তা ফুতুনা মাবু নমতুনা হেক্তা মরাল লৈবা ওইহনশি হায়ব্রা ... ---------!? অদুম্না তৌরবদি অচুম্বা হায়বতুদি কদায়দা লৈখবা তারিবা॥

রাশিয়াগী মবুংঙো পেটর তম্সু উশুবশিংগী মরক্ত য়াওহুন জহাজ শাবশিংগী মতেং পাংখি। হোরাই খায়খি। য়ারেল য়েংখি। কদায় নোংপোকতদি। মনিপুরদদি। ইওন ওন্নরে। ঐন ঙকখি। সনা লৈপাক মনিপুর হায়বহু অসিরা। রাখলগী মংলান শাখি।

কার তোংলিবা মুপা অহুনা মোমোন নোক্লহুনা "নংগুম্বা কেপ্তেন অমনা অহু য়োনা খোইশাওনরবদি নথাদা লৈবা শিপাইশিং অসিদি কয়াদা মিপাইরম্লগবা" হায়না হায়রকপা খোঞ্জেলনা ঐবু মিকপ থোকহনখি। মুপা অহুনা মথা তানা স্বর অমুক্তং শাংনা হোম্বরগা অচৌব মহাপুরুষ বুধ যিমুগী রাঙাংদা "অচৌবা হায়বহুদি মরায় লুক্কদবনি। জর্জ রাশিংতনতা ফাওবা শিপাইশিংগী মরক্ত তিন্দুনা পিক্লবা শিপাই মচা অমগুম অরাবা খাংখিবগী রারী অহু নহাক কাওরব্রা? করিম্নু লৈত্রবী মুপীজা ওইবী মহারানি লিম্ভোইঙম্বীনা মরৈবাক কন্নবা হোংনবদা মশামক শিপাইশিংগী লুচিংবী ওইহুনা তাংখুল নিংথৌবু মাই-থীবা পিখিবগী রারী অহু নহাক অমুক্তা তাদ্রিবরা! ঐহাকসু শিপাইনি। নংনা তৌনিংবতা ঙৌবা য়াগনি" হায়হুনা কারদগী নোক্ল নোক্ল রা মচুগী তায় অহু হায়ফেৎ শেমজিল্লম্লগা কুপথরক্লে।

কার মনুংদা ফম্লিবী চান্নরবীগী মায়থোংদা হৈয়ায় অমুম্ব মতৌগুম মায়খোং তঙাং শিল্লক্লে। মোমোন নোকপী মায়থোংদো মিপায়বনা থুম্মৎক্লে। শক্তি অমোম মথৈনা ব্যাঘ্রগী

তেন্দোং ইন্দুনা মপুরোইবনা চেনখিবা মাইকৈ পল্লেপ য়েংলগা অরা মায়পুনবগুম মুজা ওইবী মায়থোংদো অরাবগী শন্নুল ওইররে। চিত্তোর শংবী মবেম্মশিংনা মপুরোইবা খিবিক ফাগ্রবদা শিশি শিঙমদা হিংশি করম্না বিভুলা মায়পুনবগুম য়েক্রবগী মথুং চনগ্রবা মপুরোইববু চিংন-য়েংন লৈরগা হায়ঙম তৌঙমদ লেপ্লরে। অঙাং মথৈ ভঙক চঙক্লরক্লে। মুন মুন য়েংহুনা অকি শহুম ফংলক্লে।

খংহৌদনা শিপাই ময়াম অতুগী মরক্তগী ৬, ৭ লাওরকপগী খোঞ্জেল তারে। 'Sir, মসি ঐখোয়দা থাদোকপিরো। ঐখোয়গা লাম্বা তৌজরগে।' অমনা মনা কোয়দংলগে হায় অমনা মনাত্তোন শুগায়রো হায় তৌহুনা ওহাক্তংগী ওইনা ইরাং লাংলে। পূন্সি অসি চরাংনবা ঙাক্তনি। চরাংনবা।

কার তোংলিবা মুপা অতু শাওবগী ঙমথৈ লৈত্রে। 'হত জা' হায়হুনা খংলাও লাওরম্মগা———'ঐহাকসু শিপাইনি। শিপাই অমনা শিপাই অমদা করি তৌফম থোকপগে হায়বহু চপ চান চংগ কৈ। করিগুম্ব কা হেঞ্জিল্লক্রবদি শিপাই খরদি ঐগী খুংতা নথ্‌াই থাব তাই' হায়হুনা হায়ফেং ঙংলম্মগা মমিং অতু ক্রোক ক্রোক ওংতুনা কেপ্তেন অতুদা শংত্রিক মুন্না য়েংহুনা লৈরে।

মীহাং মীপুনগী থৌনাতনা শাহুনা লৈরবা মিলিটরীগী ঈনা কনাবু অমুক কিগনি। অমুক পোকপা অমুক শিব সংসার অসিগী নিয়ম্নি। অচুম্বা ধর্ম্ম কায়দবা হায়বহুতনি লেংদন

লৈহৌরিবা উপালদি। ঈশ্বরনা শেম্নকপদা রিরেক্নী শক্তি পিরিবা মীওইবনা করিগী শা-ভাগুম্না পংখৎ খৎনগনি। খৎনবা হৌরকপা মীবু কিহন্দুনা য়েংলগা কান্নব্রবদি পাওতাকী তুরেলনা চাওখোক-চবগী পাং অহু থলহনবা তাবনি। করিমত্তা থোশাদনা মুপা অহুনা ঙাংলহুনা——

শিপাই হায়বশিদি য়েক্নবগ৷ মাইয়োক্নব কান্দা চেনব হৌনদে। পূক্নিগী লানক্মনি। শিনবগীদমক হিংলিবা। হিংলিডৈদা ইথৌ তৌনি দেশকীদমক য়াইফনবা।

ঙসাইমথৈ শিপাইবু কিবদগী রা মচেৎ অমত ভাংজব ঙম-দ্রিবা থানা অহু কদোমদগিনো খংদে "করি হায়বনো Sir" হায়হুনা মীয়ামগী মরক থায়হুনা চেল্লক্লে। বুট থিন্দুনা সলাম কোৎলে। কার তোংলিবা মুপা অহুদি দারোগা অহুগী সলাম অহু করিমত্ত থোশাদনা হৌজিকমক Arm Service corps কীHead Quarter দা টেলিফোন তৌখো। নংগী মেজর কুমার কান্তসিং হৌজিক খুদোং থিমদা লৈরে। হৌজিকমক শিপাই ফৌজ অমা খুৎলাইগা কোম্মনা লাকউ হায়না পাও পীখো" চায়হুনা কুমারকান্তসিং অহু কন্সটেবল অহুদা থোদারম্নগা Captain অহুদা থক ওনশিন্দুনা করম্বা বেটা-লিয়ননো হায়না ত্তকখৎপা হৌরক্লে।

Captain অহু মেজর কুমারকান্তসিং হায়বা মিং অহু তাব-মক্তদা খাই লাওব্রে। পূক্নি অসি অসিনি, ঐনা মহেক্লে চৎপা য়াদবা পূক্নিনি। ঙহাক মাখলগী চক্রদা লৈহুনা লৈরিডৈদা ময়ামগী মরক্তগী শিপাই অমনা Sir। ঐখোয়দি অচৌবা বেটালিয়ননি। ছোতা

বেটালিয়ন ক্যা করেংগে হায়দুনা মেজর অদুদা চংশিন্দুনা দেখা হৈ। হমতো বড়া বেটালিয়ন হৈ" হায়দুনা করেম্নরুরে।

কেপ্তেন অদু থাংগুম্মক্ মাল্লে। চংশিন্দুনা শিপাই অদুগী মখজাইদা খুৎপাক্লা থারুরে।

মেজর সাহেব শাওবগী গুমথৈ থেংলে। "অচৌবা বেটালিয়ন মচা বেটালিয়ন খংগদবা গুহাক্ত মওয়ারে" হায়দুনা হায়কেং য়েংলম্লগা খংহৌদে পিষ্টোল মচা অদু মাগী খুদোঙ্গীদা লৈন লৈদুনা শান্নদুনা লৈরম্লে। শাওবগী শকতমদা হৈয়ায় অমুম্বা মতৌগুম ভাংলৈনরবা মায়থোংদু মোমোম নোকপগী তুরিনা মচু হায়কেং শংলদুনা You Bara Battalion। বড়া বেটালিয়ন! ক্যা বড়া বেটালিয়ন" হায়দুনা পিষ্টোল অদু মখুংতা লৈন লৈন শান্নরদুনা কেপ্তেন অদুদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈরে।

কেপ্তেন অদু পত্তি লৈত্রদুনা মুক্লাদা তুরবা যাত্রাগুম ইতুক তুকথনা শোম্থাংনরবা য়াহৈদা শোনথিবগুম তৌই।

"Excause me"———

শিপাইগী হৌনবী মতুংইন্না মখুৎ থাঙ্গত্তুনা লেপত্রে।

মেজর কুমারকান্তসিংনা মোমোন নোক্লা পিস্টোল অদু খুদোঙ্গীদা লৈন লৈন "সাবধান" হায়দুনা খংলাও লাওরক্লে।

কেপ্তেন অদু শিপাই অমগী হৌনবী এটেনসন্দা চপ চানা লেংদনা লৈরে। মথোয়বু পুরক্লিবা কেপ্তেন অদুনা

এটেনসন্দা লেংদনা লৈগ্রব অহুদদি মতুং ইল্লক্লিব সিপাই ময়াম অহুম্ম সারধান তৌহুনা লৈরদা তাপ্রে ;

কুমারকান্তসিং মেজরনা চংশিন্দুনা কেপ্তেন অহুদা করি বেটালিয়নগো। পাশপোর্ট উংলু হায়বনচিংবা হায়ফেং হংলু-রগা য়ায়। শাওনা "You Captain Saheb। what is the difference between man and man। মী মী অসিগী মরক্তা করি থেন্নবা লৈ। বড় বেটালিয়ন ছোতা বেটালিয়ন ক্যা ফরক। ঈশ্বরকে নামসে বত —" হায়দুনা বুট থিনবা হৌখ্রে।

মথা তান মেজর সাহেবনা—ঐখোয় থুদিংমক সিপা-ইনি পুন্সিগী লানফমদা। দেশকী মক। শেবাগিদমক্কি,—সমাজ সেবা। পুম্নমক শিপাইনি। নংগী দেশনা মাংবা তারক্লবদা;—মক্কুগী ইজ্জৎ শন্মান দেশকী রক্ষা ঐখোয়গী থুতা লৈবনি। অহুগুম্বা পুন্সিগী শিপাইনা করিগীদমক জ্ঞান লৈতবা হায়বহু ওইগনি। নংগুম্বা শিপাই কয়া উরুবদগী বেনার্ড শোমক্কা শিপাই ১০ গী মনুংদা ৯ দি পংনা পোক্লিবনি হায়দুনা হায়-ফেং চৈরুরগা লৈখোয়কপমক্তদা শিপাই ফৌজ অমনা গাড়ীদগী মথং মথং চোংথরক্তুনা মখোয় থুদিংমকপু রাউন্দ অপ তৌহুনা লৈরে হায়বা খংলে। লুচিংলকপা নেপালি এম, পি অহুনা "ক্যা ওডর হৈ সাহেব" হায়দুনা মিলিটরীগী হৌনবী মতু ইন্না চংশিন্দুনা মেজরদা শলাম কোংখ্রে।

কুমারকান্তসিংনা শলাম কোৎপোষ্ট কোৎতবোষ্ট তৌদুন পিস্তৌল অদু কোভরদা হাপ্পচিল্লগা "বহাদুর ! মথোয়বু পুন্সগী লম্বেলদা নিয়ম চুম্না চৎপা তম্বিয়ু । মথোয়গী বেটা-লিয়ন তাম্না পুদুনা পুন্সগী শিপাই অমগী মগুন থংহল্লু" হায়রম্লগা কারদা কাখৎল্লে

বহাদুরনা সাবধান তৌদুনা শিপাই ময়াম অদু চুম্ন লেপহল্লে । মথং তানা "পিশে মুড়" হায়না মিলিটরীগী হৌনবী মতুংইম্ন লাওদুনা মথোয়গী বেটালিয়ন ত'ম্না পুগে হায়না হোং-নরম্মী পুন্সিগী বেটালিয়ন অচৌ মচা থায়রবা । পুন্সগী লমথুংফম । অশান্তি লৈত্রবা। মতাংদুমক্তদা কারদগী অমুক হন্না "বহাদুর" হায়না লাওরকপগী খোঞ্জেল তারে ।

বহাদুরনা "জি সাহেব" হায়দুনা কুমারকান্তসিংগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মেজর অমগী হৌনবা চপ চাবী ব্যবহার উৎল্লে ।

কুমারকান্তসিনা কারগী থোংগী বারদা মথুং য়েংথংবা অদু ঙাথরদুনা " মী হায়রবসি অমত্তনি । মীগী সমাজদা মীনা মীবু ব্যবহার তৌগদবনি " হায়রবা সিম্বোল অমা ঙাসিদগী থেৎলু হায়রম্লগা কার থোদুনা চৎল্লে ।

কেপ্তেনগী মায়থোংদা ইকায়বগী মমি রেখা অমা ফং লাওনা চিংখি ।

---

## খুৎ হায়ম হল্লকপা

কানটিন্দা চেং য়েন্থা মুপা অমগী য়ারীনি। বাজার ময়ায়দা লৈবা। জমশিদা চাওরবা; মীরৈবাক্তগী লাকপা পুক্কী চুপ্লি পায়বা মহাজন অতুগী মনাক্তা থবক তৌবা মুপা অতুগী য়ারী;——তুকান অতুগী য়ারীনি। তুকান অতু থুম মো-য়োক তেরশিং-মুংশিং য়োম্বত নত্তনা মীগী পুক্কী চুপ্লি পায়তুনা অনোপ অতিং শাম্ববদা ওস্থোক্লা হৈনজবা মহাজনগী তুকান;— মতুমক্তদনি।

চাওম্লনা তুকান অসিদা থবক তৌরক্লিবসি চহি অনিরোম কারে। নহালবাই চেং বোরা থুম বোরা গুদাম (Go-down) দা থাংদোক থাংজিন তৌরম্বদগী হন্দক্তা য়ানোমজবা কনমন্দুনা তুকানন্দারদা প্রমোসন ফংলিবনি। মাগী হৈজ শিং-জবমক্তনা মাগী তুকান টনং নত্তনা চাওতুগী তুকান হায়না ফাওরিবনি। ফন নিংথিনদি হৈরে চাওমুসি; চাক তাংলবদা হাঃ হাঃ কার লাওনম্ববদা লৈবাক অসিগী মী অসে থবক

শুনিংদে চাবিনবা মীদি নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলকই; থবক শুবা মীদি হন্থরকই , হৌজিক কালগী লাইরিক হৈরবা বাবু-শিংনা য়োংলৈ কাংদোম অমা ফাওবা তৌনিংদে অসিনচিংবা কয়া হায়রুনা হোটেলদা মীওদমক প্রচার তৌবিবা কল্লি। মাগী মহাজননা মীরৈবাক্তা লোন্না হুরান্দুনা থারবা চেংতুগী মরমদা মা করিস্ত খল্লুদে। মহাজন্না তশেংবমক্তি লমাসিগী মীনি হায়দুনা মারুম্ন থংহল্লমদবা য়াই। আরোন্বগী মরক্তা লোন্না লৈবা, মীগী ইঞ্জিন শান্নবা কনানা থংবা ভমগনি।

ভসিস্তুনি। চাওন্থুনা ভুকান চৎকদবগী ইরাং লাংলি। মহৌশাগী ভুকান, কিলো অমগী চেং ওন্নদা খুজোক থথবী ভুকান। মতুমতুদা চৎননা থৌরাংনি। অতুবু মা ভাব অমদি তারে মতুদি ভসিসি শোইদনা মাগী ভুকান্দা ইরাং তৌররগনি। চেং থাবা থিংউ, গুদামদগী চেং য়েম্ন্থেকউ হায়বা শ্লোগান অস্থ পুহনা নহারোল খর শোন্তদনা মাগী ভুকান মমাংদা লাক্লগনি। করিনা হায়ররু মচানুপ গা নহারোল খরগা মাগী রিডিং রুমদা অস্তুম্না চিক্লা রা হেক হেক তানরবাদি লৈবাক রাথোক ওইদনা কদৌইদা থক তৌক্লে হায়রসি মা মুন্না থংই। থম্মোইদা ন্নুংশাথিবা ফাওই— করি থোক্লরগবা ?? অতুবু ঈশ্বরনা ভম্বনি হায়না হায়ফেং থল্লুরগা থাংলুরবা খোংখাং অত্ত হায়ফেং হঞ্জিল্লক্লুনা—

"মুপা মচা। কান্নদে রারেম থৌরেম থিং তৌতুনা নপাবু চোপ্পবা শিনগন্থ। নথোয়গী নহারোলগী রারেম থৌরেম

অসিনা লৈবাক অসি মাংহনগদৌরি। লাইরিক্কুম কল্লা পাও;—ডাক্তর ওইয়ু, ইঞ্জিনিয়ার ওইয়ু। পুক অসিদা তাহল্লিংবা মথৌ তাংহন্বা য়াবনি। অদুদি নত্তনা য়ারেম ঙাংদুনা মীগী মুংঙাইবদা কল্লক্কুনা লৈরবদি কদায়দগী অফবা ওইরগদগে হায়দুনা মীগী মচাশিং অদু চৈব য়াত্রবমকমু মচা মুপা অদুদা থর খিং ঙাংলম্মগা থুন য়াংন দুকান চংল্রে।

চাওনুগা ইন্দ্রকুমারগা মপা মচা চাকতাংবা চহি খুদিংগী কয়ারক হল্লা থংনগ্রবর্ন। মপানা মচা মুপা ইন্দ্রকুমারবু য়ারেম ঙাংবা লমচং অসি গিদমক কয়ারক্ক হল্লা চৈরবনি। কয়ারক য়ারক্লবনি। কয়ারক ফুরবনি। নহাক্ষয়াই কোলেজ কাপ্রৈঙেদদি অমুম্ন তৌরমদে। থজিক লাইরিক লাইশু হৈদুনা ভাব থরদং হেক তারকপসিদদি পুক্কী চুপ্লিদা খুঙ্গে চিংথোক চিংশন শান্নবা অসি থম্মোই থিংনা শাওরে। দেশ অমা মুংঙাইনা হৈংনা মরা তপ্পা পানগে হায়রবাদ চিঙ্গাক্কী প্রোব্লেম হান্না মাংদা থমগনি হায়বসি মথোয় কৈদৌঙৈদা কাওদে! মরমসিমক্না দেশ অসিগী চাথোক কজনা হোৎলবা মতুংদা চাক তাংলিবগী মরম মখোয়না ইরায় লায়না খলে মহুদি মী থরদংগী থুক্তা ঐখোয়গী চাকয়ামগী ফৌগৈ ওইরে। মখোয়না মীরৈবাক্তা থানিংলে থারে, তাংহল্লিংলে তাংহল্লে। মখোয় মরি মঙা মান্নগা বাজারদা ফৌগী চেংগী

মরু অমা ফাওবা উহল্লগা শাম্নিংবা মুংঙাইরবা গ্রামাগী প্রে অমদি ইরায় লায়না মখোয়না হেক্তা শান্নবা ঙমলে। হুন্দক্কী চহি অমা অনি অসিদা বাজার ময়ায়গী কানটিন অসিসু মমাংথোংদা সরকারগী চেং মরু মঙা তরুক চায়থোক্লগা মনিংথোং লোমদা তৌরিবা ইরাং অতু উরকপদগী নহারোলশিং অসিদা থিংঙমদবা থৌনা অমনা হেক হেক ফুরক্ক্না অহল লমনগী চৈনা কিদনা গুদাম থুগায়য়, চেং থাবা লেপ্প্ কালা বাজার তৌগনু হায়বা শ্লোগান অসি পুন্না নহারোলশিংনা হেক হেক লাকপনি।

চাওনুগা ইন্দ্রকুমারগা মপা মচা ফন নিংথিনা খেন্নৈ। নহাগা অহলগা খেন্নবা রাথল অতুকমুক খেন্নৈ। ঈশংগা থাওগনি। অমনা মাগীতবু ফরখদি খুঙ্গং তুম্নসনু দেশকী রা থংদে অসিনি,—অমনা ঐগী চেংফুদা উচি শিরবসু লৈবাক অসিনবু য়াইফ-মুংঙাইরবদি ঐগী মুংঙাইবনি থঙ্গবা মীতানি। অমনা মচা-মনাওদা পেন্না মপুক থন্না থন্না পীজত্নুনা রাথল মুংঙাইহন্না লৈহন্বা পান্বা কান্দা অমনা পোকমিন্নবা মচনগী মচানা চরা রানবা উরগা মশেন নিপাদা করিনো অঙাংদবু অয়ুক ঙন্তাদা চাক অম্মুক য়াম য়াম হায়তুনা মীগীদমক রাবিবা ঙম্বনি। চাওনুগা ইন্দ্রকুমারগা স্বর্গ পাতালগনি।

চাওনুনা প্রমোসন ফংবা মথংগী চহিত্তুমক্তদনি। লৈবাক অসি চানিংঙাই লৈতদ্রুনা হাঃ শাঃ কার লাওনখি। ফৌগী কুম কাংবা চহি হায়বত্তু ওইরগলে। ফৌথোক রাংপদি নত্তে। কুপ্পা য়েংশিনবা কাংবুনা য়েংশিল্লবাদি লেম্ন পাম চাগত্রা খঙ্গ চহিনি। অদুগা করিগী তাংলিবা? চিংনাথ! অত্তবু হায়নবা অমদি লৈ। লমসিংগী মীনা গোবর্ধন পূজা য়ৌদ্রি হায়দুনা চনৌ তংদ্রিঙৈদা কোইমাদা গৌশাটিদা গোবর্ধন পূজা ঃপুঃ ফাখি। মচুদগী হৌনা মথায়না লৈবাক অসিগী চনৌ তংবা হৌঙ্গবনি। অসিননি চেংগী মমল বাজারদা থংলোদা লুপা ২ শং লাওনা হায়গংখ্রে সি। কুরুক্ষেত্রদা মীয়াম পরেং পরেং লেপ্পা উরগা লানগী ভৈরবীনা মপুক পেম্না ঈ থক্লুনি হায়না হরাওবত্তুনি শেনয়াম পায়বা মহাজনশিংনা মত্তাংসিদা হরাওরিবসি। কৈবু ঙৈত্রবদি এথোয়গী খুৎতা তারনি। লৌনিংবতা লৌগানি। শকংশিদবা উরবদি পীবু পীজরোই। মসিনি শেনয়াম পায়বা মহাজনগী রাথল। সরকারনা ঈশিং ঈচাওগুম জর জর হেনগৎলক্রিবা ফৌগী মমল থিংনবা ঙম্না হোংনৈ। প্রজা চরা হেন্থ কংগ দৌরিবনি হায়দুনা কোকেরাগী হিদাক কাপ্প কোইচেন চেন্দবগুম চেংগী দুকান হাংনবা কোক্ষচেন চেল্লি। ঈশিং ঈচাওগী লৌনম্বালদা খোরা মচেৎ মেন্দুনা ঈশিং ঈচাও থিংনবা হোংনবা সরকারগী মংনি।

মথংগী চহিদানি।

রংগপুর জীলাগী চেংয়েনকম সরকারগী ছুকান খুদিংমক মীন কুক কুক ইমথ্রে। চেং কেজৌ অনি মী অমগী হাপ্পা অমা। শিগত্র চংগত্র থংদে, — থবক শুবদি ঙম্নরোই। ঙরাংদি শান্তিকুমারীগী স্কুলদা ঝান্থরকই, ডাক্তরনা টেষ্ট তৌবদা Stomach তা লফু খর লৈরমই, চেং মরু অমত্তা তারমদে। ঙাসদি চেং য়েনফমদা ছুপী অমা তুছনা লৈহৌই। কনাগী মমানো থংদে! অসিনচিংবা ............ ?? খুংতিগী তায়! মাইকৈ খুদিংদগী। খাংঙমদবা পাওনি, — তুজুংবগী মরক্তা তুজুংনা থবা।

+ + + + +

হন্দক্কী প্রজা পুম্নমক মিৎ পাংলে।

মহাজনশিংনা লম্নাই শান্নরিবা রোল অহু মথোয় ভাব তারে। সরকারদি থংত্রা থংদত্রা থংদে। কুরিস্থু খোশাদে। প্রাইভেট প্রোপরটি প্রোটেক্সন পিবা হায়বহু ওইরমাল্লে। নোংমৈ পায়বা শিপাইশিংনা লমতুপ লমতুপ কেপ্পুনা লৈ। ককচেং মকোল শাবগুম ছুকান মমাংদা দম্নুরগী শংশাংদা মহাজনশিং শংই। লাক্সগা শাগোন্নার হায়হুনা কিবা জাংলা !! সরকারনা শেন-য়াম পায়বরু কিরবা ............ !! অঙকপানি। অঙকপা !!

ঐন থনখি, — মহাজন কনবগী শেনফম অসিনা প্রজাদা চেং কেজী অমত্তং হেঙ্গৎলবদি ফমুংদমক্তদী ওল্লোইসে।

সহরগী প্রজানা মথং মথং পাও অসি শন্নোরকপনা লরাইগী প্রজাগী মফমদা হেক য়োব কান্দদি লৈপাক অসি থরমথৈদি নিকপা হোরে। অন্দোলনগী ভুমিকম্পনা লৈপাক অসি থক থক নিক্লে।

মত্তাংসিমক্তদনি চাওথুগা ইন্দ্রকুমারগা মপা মচা খিন খিন থৎনবগী চাং নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলক্লিবা।!

চাওথুনা হায় "কান্নদে লৈপাক্কী থবক্তা মাংজিন থাগদু। ঐগী হায়বা অমা তোপ তোপ্পা লৈবনি। মহাজন অসিনা নোংম নোংমগী চেং খুজোক অমমম পীরিবা অসি নংবু মশক খংলক্তুনা থোক হেক থিংশিবা থোক্লবদি ইমুং অসিদসু একাদশী লাইরেম্বীগী পূজা শং ওইগনি। মহাজনগী খুজোক অসিসু ইমুং অসিদ ফন মকান্নরি। লৈবাক্কীনা লৈবাক্কীনি, — ঐগীনা ঐগীনি। ঐগী চরা হেন্দ্রগা লোইরে" হায়রুনা পংত্তাংদা তাংই। ইন্দ্রকুমারনা মরোল অমা নোং হেক তানবগা নহারোল থরপা করি তৌরিবনো খংদে, হেক্তা চৎখি। হুঙ্গ্রিলরুগা মপাদা "মহাজনশিং অসিগী অরোনবা চেংগী গুদাম কদায়দা লৈবনো? মতু ঐখোয় ময়াম চংতুনা থুগায়রসি। লমদগী লাকপা মীরম মচানা ঐগী পুক্কী বিচার তৌবা চুমদে, — থরখিং

থংহনবা চুম্বনি। মহাজনগী চেং থুজোক অমা হৌজিকী মতমদা মিহৌবা মতম হেল্লে। মহাজন্না চেং পিদত্তুনা নোংম ফাদোক চরা হেল্লবসু মহাজনশিংসিগী গুদামবু ঐখোয়না পায়বা ঙমদ্রুনা জয় তৌরবদি পুন্নমক অসি চহিশিমদি মপুক থন্না চাগনি,” তর্ক বির্তক অনিগী মরক্তা ঐগী কোক থমফম লৈতে, কনানা লাল্লিব কনানা চুম্লিব কনানা হায়বা ঙমগনি !!

পাও ওইনা তাথি।

দেশকী ক্কিভমদি নোংম নোংমগী ফংচিল্লক্তে। চরা হেনবা শিবগী পাওনা লৈবাকক্কি রাথোক নোংম নোংমগী তাব ফংলে। মহাজনগী গুদাম থুগায়দুনা কালাবাজার থিংউ হায়বা শ্লোগাননা রংগপুর জিলা অদু রা রা লাওনা নিম্নরক্লে। শেনয়াম পায়বা মহাজনশিং নোংম নোংমগী কিব হেল্লক্লে। লিক্ক লিক্ক ঙৈশিং লিক্কম মচা ফাত্তুনা ফৌগী লিক্কম পিরম্বা কালাবাজারশিং অদুসু প্রজাগী খোল্লাওনা কনশিনবা হেল্লকপদগী প্রজাদা চেং পীবা চিংনবা পোক্লে। অদুদি কদায়দা থম্বা তারি,—প্রজানা কদায়দগী চাব তারি।। মীয়াম্ন শোন্নবদি তায় “লৈবাক অসি কারি খোল্লরগবা ??” লিন্দা লৈব জাতীদা খোল্লবদি কারি খোল্লরগব.............?? প্রজানা চেং ফংদ্রবদা কারি খোল্লরগবা।।

অসুম্ন হাপ্ত অমা হৌরে।

সরকারসু মিপাইবগা মুংশাথিবগা শাগোল্লরে। হায়ফেৎ কম্না থিনেব হোৎনবা শারে। চাক তাংবা থিংনবা। চাক

তাংলগা হুরান চিন্থি ডাকু ডাকাতী কেন্বত নত্তনা নহা মুপা মুপীশিংগী লমচংতা গুরুবগী চাওরবা লম্বেল অমা কাংলি হায়-বসি মথোয়মু থর খিং খংমাল্লে। হায়ফেং কম্না হোৎনরবদা থিংত্তমক্তুনা চেং হেম্না শুদামদা থমদনবা, কালা বাজার তৌবা থিংনবা অমদি মীরৈবাক্তা চেং চোরা বাজারদা থারম্বা থোক্লবদি শাথিবা শাস্তি; দণ্ড পিনবা সরকারগী প্রেশ নোট থোকপ্লে।

লৈবাক্না শোন্নৈ। সবকার অসি থাগংনিঙাইনি। চাক তাংবনা থম থেংলবা মতমদা ফজরবা প্রেশ নোট অসি থোকইদা !!

মসি মক অঙকপনি।

ইনাক খুম্বনা তৌবা ঙমদবা লৈতে হায়বসি অচুম্ব ওইবতাই। অফা ওবা কবি রহীমগী পাওতাক চবুল থেংনরুবদা অসুম্না ই "করিগুম্বদা পুম্রিদা লৌরবা ঈশিং অহু কংখিবা থোকপা তারবদি থর নুং-ঙাই য়াইফবা অচৌবা ঙাদি মশা পানবানিনা অতোপ্পা জগাদা চোংখোক্তুনা নুঙাই য়াইফনা অহুম লৈজবা ফংই। অহুবু পিরুবা তোল্লবা ঙাশিং অহুদি মশা পান্দে। চোংখোকপা ঙমদে।" অসিনি ইনাক খুনবা ! অসিনি !! অঙকপনি !!

ঙসিদি চাওম্বনা উরে, মহাজন রামুগী য়ুমদা চেং মরু অমত্তা তাদ্রে। সরকারগী নোটিশ অহুনা পুহনা চেং হেম্না থম্ব য়াদে হায়না মীরৈবাক্তা পাও পীবু চৎপ্রমাল্লে। ঙসিদগী মমাং-

খোংদা খল্লিবা সরকারগী ক্যান্টিনদতা অহোংবা মমলদা য়োনবা-তারে। মনিংথোংদা চাওবুনা ললোনবীশিংদা পুম্বা পুম্বা শা-গুরগা কৌগী কারবারদী ওসিদগী পেন্সন ফংবা হোরে।

অচৌবশিংগী মতনি,—পণ্ডিতশিং, জ্ঞান লৈরবা নোংপোক মোংতুপ অনিমক্তা লৈবা, ঈশ্বর লৈ হায়না খাজবা জাতিগী স্লোগান !! করম্বা স্লোগান ?? য়াইকনবা,—মীগী-দমক। মীগী সেবাগিদমক !! মীগী সেবা তৌবা হায়বদি ঈশ্বরগী সেবা তৌবনি, —অসিনি। ঈশ্বরগী সেবা তৌবা ! অদুগ কদায়, চিমগা খুৎকা মান্নদ্রিবনা করিগী। মীগী মপুক মেৎ-থোক্তুনা লৌথোক্লগা মহুদগী থোরকপা অরা মৈশাগী মৈরী চবুল চবুল অদু উরগা শেনয়াম পায়বা মহাজনশিংনা কুম্ফ-গুম্বা নোক্লনসিনা করিগী ?? অচৌবা দলান শংশাং শানব-শিদমক্ত লৈত লাইরশিংগী পিক্লব কুটির অদু থুগায়দুনা অরা অনংশিংবু বন্দা হুন্দোক্লিবা অসিবু সমাজ সেবা হায়রবদুরা ? খঙ্গোইদা খনখি।

চাওবুনা মপি তরং তরং শিন্দুনা থোং হাংদো-কুনা থম্লবা চাওরবা গুদাম অদুগী থোংবাদা ওাদুনা গুদাম অদুদা শংত্রিক য়েংদুনা বাখলগী দোলাইদা তোংদুনা পাইরি। অহাংবা অতিয়াদা নাকল খুদিংদগী লৈচিন মথে মপে চেনশি-ল্লকপগুম হাংলবা চাওবুগী বাখল অতিয়াদ নাকল কয়াদগী অরা-মুংশিগী বাখল চেনশিল্লকই। তাল্লাশিমক্তদা "চাওবু বাবু

হয়েংদগী কানটিন্দা চেং য়েনবা খর য়াওবিরো" হায়দুনা রামু মহাজনদা মাগী নঙ্গন্দা পোপ পোপ ফুররে।

চাওননুগী স্বাই লাওবী খম থেংলে।

চাওনন্না গুদামদগী চেংয়াম অদু কদায়দা করি লমদা থাপ্রবনো হায়না হংনিংলম্বনি। অদুবু থাগী তঙ্গবনা মাগী মচিন অদু মেনথ্রমাঙ্গে "ইক" "ইক" তৌদুনা অদুম তোকখ্রে।

চাওহু দুকান্দার হয়েংদগী চেং খুজোক অমা লেপ্ন ফংলরোই। কানটিন্দা মীয়াম্না নুংশা মরক্তা ফৌবমথৈ ফৌরগা চেং কেজী অমমম ফংবগী লাইবক অদু হয়েংদগী চাওহুগী লাইবকতু মথোং থংদবা ঈশ্বর অমনা ইনশিল্লরে। চাওহুগী থম্মোয়দা হায়কম থংদবা ইথিল অমনা হিক হিক লাওবগী চৈনাখোলনা থারিঙৈগী মাঙ্গা অসিমক্তদা রামু মহাজননা অমুক হন্না চংশিল্লকুনা,—

'চাওহু বাবু! ঙসিদি য়সন কার্ড শুবা ঙম-হোদ্রে। মায়োদু। হয়েংদগী বাবুগী মিং পানখংচরগে। হয়েংদগী হোনা কানটিন্দগী চেং লৌবিয়ো। ঙসিদি পোথাবি-রুবা য়ারনি হায়রমলগা মহাক্কী দলান মথক্তা কাখংখ্রে।

চাওহু দুকান্দার রাখলগী ভরং মালংদা তাও-দুনা লৈরে।

মপী ভয়ং শিন্দুনা চহিসিমগী উরয়োইদোবা গুদাম

অছু শংত্রিক য়েংজ্রুনা কায়নরনি হায়বগী মতাংগুম বিদায়গী লুংশি পিরাংদা তাওজ্না কোংগুমত্রবা অরাবা দশ্য অছু পুন্থনা ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে। মচাশিংছু ওসি মুমিদাং অসিমদি চন্না হেনব তারেদকো হায়না থরুরগা থিংহেমদবা চৈনা অমনা কক কক লাওনা চাওয়ু অছু থম্মোইদা থিনবগুম তৌই। করিগুম্বদনা মচাশিংনা চন্না হেন্দবগী অরাবা দশ্য অছু মমাংদা শং শং উই। করিগুম্বদনা মচা দুপা হেংগৈনা হিংচাবগুম্না চেং চোরা বাজার তৌগনু হায়না লাওবগী খো-ঙ্গেলনা নাকোং য়েংশিল্লি। ওরাংতা মপাকদা ফাবদেদা ফহেনদা চন্না হেনবগী চৈনানা রাম্ফুনা কৈরমশিবী দুপী অহুগী হাখল অছু থংনিং নিংশিংজুরবদি চাওদ্রবা ওহোয়বপা অকৈবা রাং-জগী ময়োল অমদি চোংই। ওপ্না শোনখিবগুম হৌই;—

"সরকারদা তাক্কনা হায়জন ৫।৬ অসিগী হদাম অসি থুগায়বা ওয়ুরবদি কৈবাক প্রজা অসি চন্নাংক্তী হেল্লোইসে!!



## বাসন্তী

"ঐগী লুহোংবা জুমিত্তু মক্কি।"
ঐনা খনখি —— 'করি'

য়োমাবতিনা অবোকী লেখা তৌররোইদকো ! অহুগা ব রিঙ্গী জুংশিক্করি।

রাখলগী মরক্তা ওহ'ক চয়াংনরিহৈদা মাগুব অহু অম লাক অনি লাক মীন পিক খনখ্রে। বর শেম্নব লাক্রে। বর শেম্নবন ওসাইনা ইক্ক মায়র্থজরো; চন্দোন চয়া খিনজিল্লো হায়না তক্লরবনি। অহুবু ইয়াং লাংলিহৈও অম তৌরিহৈও অম তৌরিহৈ ইঙম ওয়্দে। হৌজিক্তা অততায় তারবা অহুদা তৌদবা য়াত্রহুনা ইক্ক মায়র্থজরে; থোংবাদা হায়কেং ওাবোই -খোংবোই তৌহনা কোয়েং চাওনা য়েত্তু্না মাংশোক্তা কমহুনা লৈরে। ইমানা য়েক্তা কম্মি; ঐনা ওইদা। মাংদা লা তাঙ্গ তাঙ্গদা খো চরোং চরোং লুপা তাঙ্গ, সনা তাঙ্গ ইকোই কোইনা খিল্লি। জুমিং অহুগী ঐগী মাংদা খিনখি। ঘোট চমু অহুমক মরুপ। — কন নিংখি ! পুন্সিদা অহুগুম্ব অমুক্তা উখিল্লি। ঐখোয়গী নাকনগী ঐগ্যা ব্ভনা মম্রনি হায়হুনা জাং জাং পংশোন্দা শোল্লি। শাংতা

শেম্বা মাংদা শং শং উরিবনি নিংশিংউ; পুঞ্জাও পুবী যুবতী নিং-খিরবীনা মাংদা চৎলি; ফোৌগী চরোং সনাগী তাঙ্গ, লুপাগী তাঙ্গ, পুম্নমক নিংশিংউ মথং মথং তাক্লকখি।

মরক মরক্তা নাকোং চক্রদা ৱাখলনা ওংবগুমম্নু ত্তৌই; করিগুম্বদনা বাসন্তীনা থান থান নোকপা মিৎয়েং অদু উরি। মিৎলুদগী শিম্বুরকপা পিরাংশিং অদু পিরুবা খুৎশা-শিং অদুনা থামজবা অদু থওইদনা মনি মতুম কেনবগুম লৈপাক্ত তাব উই। করিগুম্বদনা ইমাশিনা নোংশা অমোম-গুম্না খেক্লা লাওন খোংলকথগী খোঞ্জেলনা না অসি পংশিল্লি।

"বিমল নংবু হৌজিক করি তৌরি? করি খল্লি! ঙুপাগী থম্মোয় হায়বদু অসিরা? পুন্সিগী যৌবন ঈপাক্তা খোং কাংজৈ শান্নদুনা অমগা অমগা কাংদ্রম মুম্নখিবদু নহাক নিংশিত্রবরা? নংনা নত্রা? ঐগী ইচানুপীবু মোগী শিংদা চলহনখিবা। মুজা ওইবীগী লোম্না থুম্না থমজবী মথুম চেজেৎ থুমজবী খোইহী চফু নথুংমক্তা লৌদুনা চাখিবা নত্রা? অদুগা করিগী থুরূপ থোত্রে ওসিদি? মুপা হায়বদু অসিরা!! মুপা ওইবগী থম্মোইবু থাজ্জদুনা লৈজবা থুদিংমক শিন্নরুবা মসিবু ইচা-মুপীগী মরাল ওইগদ্রা? নত্রগা নিংবা আশা থুংলবা হোৎনবদা ওইদবগী ৱাহৈ কয়া মুজা ওইবীগী নাকোং চক্রদা তাংকী লান তৌরম্নগা মমল নাইত্রবা থম্মোইগী লৈরিক চুপখিবা নংগী নরাল্লা? অমুক্তংদি থল্লু জীবন হায়দুনা নাকল খুদিংদগী লাওশিল্লকপগী

খোঙ্গেলনা মাঙ্গোল অহু পুমনিল নিনখ্রে। ইমাশিন থান থান নোকপা থম্মোই পেন্ন পেন্ন চৈবা—থাংভম্মক্তগা মিংলুদগী পিরাং শিঙ্খবা পুম্নমক মীয়াম্ন নিল খোংব ধ্বনিগী মরক্ত অমত্ত ওইন তিনখ্রে। ঐন জ্ঞান তারকপদদি বেন পাটিগী খোঙ্গেলনা দ্রং দ্রং তৌহুনা লৈরম্লে।

হুমিৎ অহু ঐ তশেংনমক কাওখ্রি। মিৎসিদা শং শং উরি।

বাসন্তীগী অইংবা কাতুমক্তদনি। ঐনা অফিশকী থনক অহু হোবে হোবে লোইশিল্লগা মুংশিগী ইরাংদা তাওরবা মাস্তুল য়াওদ্রবা হকচাং অহু পুতুনা বাসন্তীনা শাংলিব লৈরাংগী লৈকোন অহুমক য়োৌনব থুন খোংশানথিবা হুমিত্তুমক্লি। শন্নব য়াব থুদিংমক নব বাবু মঙ্গী বাবুদা শিন্নরন্নব ঙাক্তনি। অফিশকী মতম লোইদ্রবস্থ থোইনা কনাগী রাকৎচেগী চৈনা ফংলরোই হায়-বসি ঐ মুম নিংথিনা থংথি। মসিমক্ত হুমিত্তুমক ঐনা বাসন্তীগী ইমুংদা চিক্ত মুংশি রারী শাবদা করিস্থ থম্মোইদা থুক লাওবা কাওখিদে।

বাসন্তীগী ইংলবা কা অহুদা মাগী মোনোন নোকপ চিনি চম্পাগুম খোইথুম্নবা অর্থ চেন্নবা মিংয়েং অহুনা মরক মরক্ত ঐবু হেক হেক পংথহল্ল। ঐগী থমোয়বু হুরান্দুনা মুংঙাইরবা স্বর্গগী লৈকোলদ শান্নব পুবিবগুম তোই শং ত্রক য়েংবদা তঙৌরবা চিম্বান্দ তারবা মিৎন্না থম্বালগী নমি অদ্দমক উরুরগা ককঙাওনরবা খোইমুগী পুজিবু

মথোংথংদনা নিংশিংহন্বগী মমি তাই। "ঐদি লুপ্রাবী মচানি মীন হায়নৈ ঐ অসে সনা ওইরবস্ু — — — —" শুকথনা হায়রকপা বাসন্তীগী নামিবা খোংজেলনা নাকল মরিগী কল্লাংদা। যৈরুরগা থোরকপা খোন্থাংনা থম্মোইদা ফুবদা ঐগী মিৎলুদগী পিরাং শিন্থখিবা মথোং থংখিদে। ঐন করিস্ু ইথো থোশাদনা নংগুম্বী শকহেন্বী মুংশি চাওবী অমনবু ইনাক্তগী লেংদনা লাপ-থোকখিরোই হায়রবদি মরৈ লিশিং পাম্বা যমরাজনা কোটি তরেৎ খাংবা চীংদোন্দগী নোংবগী মৈরৌনা হকচাং অসি চাক্লসম্ব হায়না নোংমৈরৌ কামথরক্রবস্ু নংগী মুংশি মুর্ত্তি অসিতদি থাদোক্লম্ন-রোইদৌবনি হায়ত্রনা খোইথুম্নরবা মাগী চিন্বান অহুদা ওইনহ্নবা লৈরি। তাঞ্জাসিংক্তদা ইমাম্লিনা মমাংথোং অহু হাংদোক্তনা প্রপ প্রপ চংলক্লে শোৎলুহনা কাম্নজ্রবা দেহে অত অহুম ফমুংথক্ত থম্নগা খর চনিং তান হোন্থরহ্ননা ঐন হংখি— — — —

"ইমাসি। কদাযদা লেংলুরিবনে। ?"

"ও! ইবুংঙো লেংলক্লিবরা হায়রম্নগা ইমাসিহ ঐখোয়দা মিংচি হায়ফেৎ থম্নগা চাকশ লোমদা অহুম চংথ্রে। বাসন্তীগা ঐগা তোঙান ফম্নব তাঞ্জা অহুমক্তদা ইমাসিহ ঐখোয়গী ইনাক্তা অমুক হম্ন চংশিল্লকখিঃ কার করিনো বেদ্রো বেদ্রো ভাংখি। মহু ঐ অমক্ত নিংশিংদ্রে। ঐনা নিংশিংলিবা হায়ববু বাসন্তীব লৌ-রোইদৌবদা শান্নপোৎকুম থুনাং চাহল্লমগম্ব। করিগুম্বদা যৌবন পুম্লগী কামগী ইথিলন। অমুক্তং ফুজাগী অশেংবা শক্তম থংগ্রবদি মহুমক থম্মোইদা থমউ পুম্লচুম্ন কাওগহ্ন অম্নীতনী।

ঐন জ্ঞান হায়বেং তারকপদা ঐসে শুমাং ময়ায়দা ফিন ইকোই কোইশিন্দুনা লৈরম্লে। ঐদি ইমাসিনা চৈব অদ্ভুত মিংত শং শং উরি। বাসন্তীন চৈব অদ্ভুত তারি। ঐগী কোক-থক্তা চায়থরক্লিবা লৈরাংশিং অদুগী মরমদা করিস্নু থল্লুদে। অস্নুম ঐগী লুহোংবা লোইশিনখি।

ভশেংবনি।— বাসন্তীনা ঐগী থশ্মোইগী অক্লাদা তোংহুনা পুক্সিসিমগী নুংশি লৈশক্লররোই। ঐগীদমক মিংলুদগী শিন্থখিবা নুজা ওইবীগী মিংস্নাগী তরং লাইজ নিংশিং নিংশিং লৈহৌবতা মতায়রগনি, — পুক্সিগী মমি শামথিবগা লোইননা নিংশিংবগী মমিস্নু শামগ্রগনি। ইমাসিনা শাগংলুবা আশাগী ফুরা মন্থুংদা বাসন্তী ঐ পুম্না লৈহুনা ইমাসিগী সেবা পুক্সিসিদা তৌর-রোই। ইমাসিনা লৈখোং শোমহুনা থাজরুবা লৈরাং চার অদো থোইমু কনা পায়রদনা চোংগাংগী লাইরেম্বীগুম পিক্লবা কুটির অদুগী মন্থুংদা পুক্সিচুপ্পা লৈহৌরগনি। মচাম্বুপীবু লোনম তৌহুনা নুংশিদনা হুংশি শাহুনা মচানুপীগী লৈজব থুদিংমক লুট তৌগ্রবা নুপা অদু লমন থুম্নিংবগী আশা কয়ানা থুম্মংতুনস্নু হুংশিবা হায়রবা লায়না অদুনা কুপ্তুনা মমিংত মপি তরং তরং শিন্থনা শংত্রিক য়েংহুনা লৈহৌরগান।

ঐদি বিভুলাগী মরক্ত তাওরি। করিগুম্বদনা বর মরুপশিং থিন্দোকপা কোম্মোংলোমদা থোকই করিগুম্বদনা বাসন্তীন

মমিংত্তা মপী তরং তরং শিক্ষনা ঐগী লুহোংবগীনি হায়দুনা লৈ খুজোক খুজোক হেক্লগা ঈশ্বরদা কৎলিবা অদু উই। ঐ হায়কম খংদে, ইমাশিনা নিক নিক লাওবা খোঞ্জেলদা ইচাগী মঙ্গল ওইসনু হায়দুনা গোশিংঠদা লৈশি লৈথোনবগী খোঞ্জেলনা অত্তিয়া অসি মনম মুংশিরবা লৈনম চায়বগুব নিংথিরি। থম্মোইদা ওমচাক্রিবা সনা ফুদোংবগুম লংনা থম্মে য়দা লোৎলিবা অরাবগী চৈনাদি কনানা থংগনি! ঐ, ইমাশি বাসন্তী;—অসিতনি খংলমগদবা।

অশুম্বা হায়রাং লাংলিউদা রমাবতীদি পুক্নিগী ইরেন্দা নিংতম্না হি হোল্লুর্নি মতাগুম বেন্দ পাটিগা লোইননা ঐগী শঙ্গায় য়ুমকম তম্নক্লে। ঐগী হৈংন্দবী খম থোংবী লোইরে।

রমাবতীনা অহান্বদা ইমা থুরুমই, তুলশি থুরুমই! মথং তানা কৈনা শেন্নবা হুপা অদুনা শিন্দুনা কুমজা কয়া মগুগী মমৌ উনিংবগী আশাতনা কুপ্তুনা যমরাজদা তারিগ হায়দোক হায়দোক্কুনা ফমুংথক্তা কুন্দুনা মতম কয়া লেপ্লক্লবী অবোক্কী চরন শোকনি হায়দুনা তপ্প তপ্প অবোক্কী কা চংলক্লে। রমাবতীনা অবোকী চরন শোক্লা হেক থুরুমগে তৌবমক্তদা হরাওবনা থুম্মৎলবা অবোক্কী মায়থোং অদু ঙহাক্তুংগী মমুংদা সনা অতিংবা মচুগুম লৈন নিংথিবা রেখা অমা মায়থোংদা ফং লাওনা চিংখি। থংজৈদনা চিনবান্দগী থোকখি।

"মুপীমচা অদু মরোলদি খোয়দ্রা?

পূম্নক ঙক্নখি। ঙকপা তুজুংবগী চৈনাগী মমি

অমা মায়থোংদা তাথি। পুম্নমক্না শোম্নখি, — "করিনে।" "তৌরিসিবো করিনে ??" পুন্সি অসিবু করিনো ??

ঐন খনখি,—

বাসন্তী মমা মচাতদি হুমিং অদুগী য়াওাং অম্ভু তারগা নিংথিনা অর্থ খংলমগদ্রা !!

ঐগী থম্মোইগী নিংদোলদা তং তং থাথি, 'বসান্তী' "'বাসন্তী" !!

## সংসারশিদা

গেলবুংদনি। মোংমগী ষুম্নিংনি!

মীন মীবু ৱায়েন্সলি। চুম্মী লাল্লি তাক্লি। ঐনা ইনকারি চংলি। ঈশ্বরমরুস্সু মরাল পিবদা নুরবা মীওইবব মীনা মরাল পীনবা হোৎনব শাব্রি। অচুম অরানবগীদমক দরখাস্ত থাব্রি। ঐঙোন্দা চংজব্রি। করম্বা অচুম্বা থিনবা।—করম্বা অরানবগী মরক্তা!—ঐস্সু মীনি,—লানগনবনি! মীচৎ মীথায় নাইবনি। পৈশা পাম্বনি। শেল য়াওক্রবদি চংপা য়াদবা সংসারনি হায়বসি ঐস্সু খংই। অচুগা করম্বা বিচারগী রায় তাগদৌরিবা!! মীন মীবু লাল্লি করম হায়গদৌরিবা!! সং-সার— —! অসিরা— ···?? অঙকপনি!

ঐথোয়না চীংয়া ওইরম্বা হাওতক পাংকী পাং য়াদা চৎপ কান্দা হায়ফেৎ হকচাংদা শান্তীগী ফুংশিং থিকথি। নাকল অমদা চীংশাংগী নাপোম্ম রাংখৎখিবা উই। কিহোম পরেং পরেং নাইনা থারিবা, মরক্তা লফু; য়েংবদা পুক্লিং হুই; নিংথি; ফক্কে; হৈং তপই। হেম্ম হেম্ম রাংখৎপ্রগা নৈরিবা চীংগী পাম কল্লকই। থবক কল্লি। পাঙনগী মপাল তাংই। ফম্বাক্তা ফমন্থনা ওইদবা ভাংথনা পৈশা তানবা নত্তে। কিহোমগী মমল পাবগী মশুন খংনা নৈবা জীব ভাকনি। লফুগী থরো;

থিনগৎলক্লিবা কিহোমগী মতোন প্রাকির্তিক ওইরি। য়েংবদা নিংথি,—থুক লাওই। সহরগী অরাংবা ইরাংগী দগান নত্তে। ওইদবগী ফুরা লৈতে। শং শং উবা মিংনা উবা ঙাক্লি। পাঙ্গলনা নোঙ্গা থুংনা শুবা, মহৈ চাবা;—অপিকপা কুটির।

নাকল অমদা য়েংথিবদা;—

শগাংদা, ময়াংঙদা —পার্টি মশেল লাওনবগী না অসি পংশিল্লি। ঐনা কৈ; ঐনা কৈ; ঐনা মন্ত্রি ওইনি,—অসি ঙাক্লি। ভোট থোঙ্গগী; কারণা মন্ত্রি ওইনবা! ঐনা থম্মোইদা খনথি,—খুৎশুমনদগী রায়াম ঙাংবনা মমল হেল্লবা যুগসিদা লৈথোম তৈবশিং অসি মী ওইনবগী অর্থ লৈরিব্রা !! কৈ; লৈবাক অসি সুংঙাইরনি। অদুবু মসিমদি মথোয় থংল-মগদ্রা ?? পুন্সি অসি ইঞ্জিনদা থাও হাপলগা অদুক চেনবা মেচির্গ্ন ! কংগ্রেস, শান্তি, প্রজা শান্তি, কম্যুনিষ্ট, শোশিএলিষ্ট, এন, এস, ডি, পি, এম, পি, পি, পুম্নমক্কী চাবা থাকপা লৌনী!! ঐথোয়না চংশিন চংশিল্লগা হাওতক পাৎকী লৌবামগী দৃশ্য; ফ্রে ফ্রে হায়রিবা ফোনাগী জগোয়, থম্মোয় থুক থুক লাওই। চংশিল্লগা লাম্মৈ থারিবা অনৌবা লৌকোন — লৈপ পৌ থুম-থ্রবা শিঙউৎ মেংশোং য়াম্বুৎপগী প্রোক প্রোক শ্বাই শ্বই লাওবগী মথোলনা থম্মোইদা কিহনবা পোক্লি। থায়না লাইরেন লৈ হায়নবা মফমনি। কিব্রা ?— নংবু লৌউবা !! হংলৈ, শোলৈ জীপতা তোংহুনা চংলিবা বাবুশিংনা। নাকল্দা চংলিবা কোক্কা

শম য়াম্বা হন্নুবা চৌংমী অতনা লাওরক্লম্মী, অসিনি, সংসার, অসিনি !। কিব য়াদবনি, কাম্নদে ইনাওশা, চংখংলু চংখংলু পুন্সিগী লমজেন চেন্নদা হায়গংনবা হোংনৌ। কিগনু !! চাওখংলি চাওখংতে হায়সল্ল, — নশাগী হুজ্জং থন্নবা হোংনৌ। দেশ অহুবু ব্যবহার তৌদ্রব',—কাম্নদ্রবনি কাম্নদ্রবা ! শিখো;—নত্রগা হিংউ ! হিংন হিংন শিব ভমগনু ইনাওশা; চংখংলু; — হায়রম্লগা চংখি। কিদন',— পুন্সিগী খুদোংথিবা চৌংচেপ্পা থোনাফনা !

ঐথোয় ভক্ত গেলবুং য়োথি।

হেক থুংথিবগা থুলগী মীয়াম ওকলম্মী। হাম্না শাত্নুনা থম্নম্নবা গেট, ঙাশং পুজাও, হক খোংলব! নিংথিবা মথলগী ফেন্সি ওইদে। ঐখোয়বু মুংশিমন্দুনা চৌংগী উ অনি য়াম্লগা শেম্লম্বগী মওং ওইনা তৌই। য়ানোম্বগী মমি তাদে। মথক্তা ফৌরিবা রা অতুদা উনা-য়ানা উশা-রাশা তাক্তা থেংচিল্ল। সহরদদি উশা থেংপা বনহুম হায়গত্রা ? অহুবু খেম্নবনি। মাসত উবদ মখোয়গী থম্মোয় করিনো লেপ্প ভমগনি। লৈশাবিশিংহু থাইনগী থোইনীগুম্না শাই কক্ত বন্নু ইস্ফালগী ছাত্রিগুম লুমাংদা মশোং থমদে। ভপ নপই। ফদেক খোইগা শেংলি। নিংথিবা হাওফিনি। ফুরিং মচা অমা লিংলগা অয়াম্বনা ফি হনদে। ইল্লিশা খর অহুসু ওইনা কোংপা যেৎন কোংপা ভাক্কি। স্তাইলগী নত্তে; ইব হোনবগিনি। পারবা ফুরিং অহু ঝাওদোক্তনা ইস্তো-

ক্লগে মত্তাঙুম থিন্দোরক্লিবা থবাকী অনোইবা অছু নিংথিমা উই। নিংদ্ধু অছু অমগ অমগ থেংনৈ। মপোপ মত্তাং কৈ। পুপ পুপ লাওবা পাম্বোম নিংথি। মায়দা তুরি য়াত্রবগু মহোশাগী পিস্তুম অছু ফল ফঙ্গন উই। পাওডর থাদ্রবগু মায়থোং অছু তরু তরুঙ। কোৌরপ শেংপা ফনেক্লা থুবোমদা য়ৈবদা হৌরিবা মিৎয়েংগী তাল ইম্ফালদা ওইরম্নবদি লান তানরমগদবা ভাক্লি। রাথলগী দোলাইদা তোংহনা তরংগী দোলাইদা ওহাক কোটরিঙৈদ নৈশাবী থর চংশিল্লক্রগ নৈ পরেং অমযম ঐথোয়গী ঙকশামদা হুক্লরে।

ঐ শ্বাই লওথি;—

নৈশাবীনা পাথংগী ঙকশমদা নৈ হুক্রবা! করম্বা নৈ?— ইম্ফালদা নোংমা ঐঙোন্দা হুকখিবদি পুন্সিগী ওইনা রাখি উঁরি রারিগুম্মা ঐবু সংসারসিদা পুন্দুনা থমখি। অদুগা ঙসিদি লাইনা হুকগ্রে ঐগী ঙকশমদা। ঐনা খুৎনা খামহৌবা নংদে। খামগে হোংনরিঙৈমক্তদা মোমোন নোক্লগা,—

"চীংদা লাকপদি রারেৌবা য়াদে" থাইরপ্নব খোম্বাংদা! ঐন কারিমক্ত থৎপ ঙমদ্রিঙৈদা নিপা অমনা অমুক "ঐথোয়গী চীংদা লাবপদি করিনা সেবা তৌগনি"

"য়াজরে;" — ঐন মোমোন নোঙ্লম্মী !

মখোয়না নোঙ্লুক্ত্রা " সাহেবখোয়না ওয়া লাকনি হায়বতুদা খুলগী নহা ময়াম তিন্দুনা লৈরম্লবনি, ইশৈ শক্লবা;— অগোয় শানবা। ওা লৈরমই চানবা। য়ুমথেং য়ৈন শিং পুরক্লম্মী ! অইংবদগী কয়বা। অতুবু সাহেব—" কিন নোঙ্লুক্ত হায়রক্লম্মী।

থুল্লাকপনা লৈশাবী ময়াম কৌথোক্লে; পরেং লেপ-হল্লে। মতু উবদা ঐগী কোক অসি ওকপগী থম থেংব চরম সিমা তাম্ন চেনখি। খংহৌদনা চিন্বান্দগী স্বর অমা থোকখিবগুম তৌই;—

"করি তৌগদৌরিবনো তাদা ??"

থুল্লাকপনা মীওক ঈশৈ শক্নি হায়রম্মগা 'মপুনা শেম্বা তাইবংনি, শিদবা মপুবু নিংগদবনি' হায়তুনা ঈশ্বরগী নৈথাম থম্মোয় পেংহল্লে। লৈশাবীশিংতু ইম্ফালদা ওইরম্লর্বদ ময়া হিগৎলমগনি; — থম্মোয়দি খংদনা। অতুবু লৈশাবীশিং অহুনা করিমত্তা থোশাদনা শক্লিবা ঈশৈ, ফললা মিৎযেং লৈতবা — কজবদি মায়থোংদা তাবা, উক্লগ থল্লম্মী নংবদি নত্তে, — চম্বনি, অচম্বা সংসার। থম্মোয় য়াওনা চম্বা। ঈশ্বরগী মিৎয়েংদা ঐগী থম্মোয়তু অচুম্বা তৌনিংলম্মী; হুমিত্তুম্নক।

ঐখোয়না থুলগী অহলশিংগা ঙতাক ৱারী শানরে। লৌগী রান্নী,— কনানা লাল্লি, কনানা চুম্বী রায়েল্লি। লৌ হেঙ্গিমবগী,—কম্মাংদ লৌ নিম্বগী। অচুম্বা প্রাকৌতিকী ফজব অসি থুংশেমগী লৈত্তেংবা মুগকী ডিপ্লোমা অসিনা ৱায়েল্লগা হেক্তা অশেংবা ওইগত্রা হায়বন্ধদি ঐখোয় থংদে। ডিপ্লোমানিবু হায়-রবদি হায়রিবমখৈ অচুম্বা জাৎলা? চোকী ফম্বা বাবু শাবা মায়দা পাউডর থাবনা ফজবা মহেল্লবরা? লৌমিদগী?? টেল-রিনগী ঙকশম কোৎপী ফুরিৎ লিত্তুনা ঙকশমগী নিংখিবী উহল্লিবী, থবাক্কী লৈরাং পুনথংপী, ফিজেৎ য়োম্বী, ফিগে ফনেক খোম্বী, তুর্গা মাম্বী শমফাবী, — হেলেন শমকক কৎপী, লুম্মাংদা শমদোন থম্বীশিং অতুত্তনা মশক ফজবা মুপা ফংবা তারবদি; হাওফী ইম্বী, খোইথা শেংপী, পিশুম য়েক্তবীশিং অসিদি মপুল্লিগী মযুম পান্দবা তারত্রা? শকহেন্ব শকহেন্বীশিং অসিনা অমোংপগী থাক অসি য়োব ঙমদ্রি হায়বসি মখোয়-থংলমগত্রা?? ঙকখি!!

ঐখোয়না চংলশি চংলশি হায়ত্তুনা ইরাং লাংনবা তাঙ্গা অত্তুমক্তুদা মৈতৈ থরনা উয়োক্তগী উ হুরাল্লে হায়দুনা পাথং থরনা ফারগা থুল্লাকপগী মাংদা পুশিল্লকখি। থুল্লাকপনা ঐখোয় সাহেব খিন্দোক্লুখিগে কোম্না বিচার তৌসি থনম্মু হায়রম্মগা ঐখোয়বু খোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোরকখি। ঐনা মখোয়বু বিচার

তৌবা; মখোয়না অতোপ্পবু বিচার তৌবা! সংসার অসি বিচার পতীগী লোইশংনি॥

অমনা অমবু বিচার তৌবা অমনা অমগী!!

ঐখোয় মথং মথং জিপতা কাথংলে। খর চাওবনা ক্রোম্ভ শিততা খর পিকপনা তুংদা। চাওবা পিকপগী সংসারনি — তাইবং ষ্টেজ অসি। মতাংশিমক্তুদা জিপ কাংবু অমত্তু ঐখোয়গী মাংদ থুংলরে। তপ্না হংখি. —

"জগাসিবু হিদাক ফংব্রা?"

ঐন ঙক্ল খুমখি 'হিদাক হায়ববু করিনো?'

মুপা অহু ঐবু খুম্নংনি হায়না খল্লুরমাল্লে। খর থোশাদনা হিদাক হায়বদি 'কন্ত্রি লিকর' বুনি; মোমোন নোক্ল খুম্লক্লম্মী।

ঐনা খুম্বা নংব্রিঙৈদা খুলগী খুল্লাকপনা মরক থংনা —

ঐখোয়দি খৃষ্টাননি! হিদাক থকচদে বাবু হায়না মরক থংগ্রে।

মৈতৈদি হিন্দু নত্রা? হিন্দুনা যু'থক্লবা; মসিবু ঈশ্বরনা মীওইবগী মরমদা ইয়িবা পুন্সিগী A,C,R দা ময়েক

শোংনা ইরমগত্রা ?? তাঞ্জাহৃদা খনখিবা ঐগী রাখল অদো জিপকী ঙুং ঙুং ঙংবা ছুঁটকী খোঞ্জেলনা মখোল থোক্তুনা অহুম উম-শিনখ্রে। য়ুমদা ঐগী মুপীনা ঐ লাক্তে হায়হনা রারমগদবহু নিংশিংলুরগা হায়কেৎ নিংদোন চোংলহুনা কাম্মদে তাদ কন্ন থোরো হায়হুনা ড্রাইভরদ পোপ পোপ ফুরম্লগা মিং উইথখি

---




লোইরবা

